# TAIBANG EREIDA

A Collection of three Manipuri Dramas.


Written by :-

Thongratabam Biswamitra Sarma

Wangjing Hodamba Maning.





অহানবা ফোংবা ঃ ২৫/০৯/২০০৪

লাইরিক মশিং ঃ ১০০০

অফোংবি ঃ কে লৈমা দেবি

(সাহিত্য লুপ ম'সগিদমক)

মখুম্ নমুন ঃ অইব

মখুম কলেকসন্ ঃ অহৈবম বরুনদেব

মমল্ ঃ ৬০/-

লাইরিক ফংফম ঃ অইবদ

ইমফালগি লাইরিক দুকানশিং অয়ামবদ





লাইরিক নম্ফম্ ঃ বিঃ বিঃ ওফসেত প্রিনতিং প্রেস্

ৱাংজিং বজার, থৌবাল্, মনিপুর ।

হে তাইবং সমুদ্র ওইব
নহাক্কি নঙাল্ অনিদ
চৎলিব পুন্সি লম্বিসে ।
ইথকনি নোংলৈ ঙম্ন
বসন্ত নাকেন্থা নাইব
চক্রনি নুংপাল্ অনিগি
কৎথোক্লি নঙোন্দ ঐসু ।

# সভাগি ৱারোল

খ্রিং কুম ১৯৭৮ জুনগি তারিক্ ৮দা খুংগং লমদ অইবসিং য়োক্খৎনবগিদমক্ "মনিপুরি সাহিত্য প্রচারক সভা, ৱাংজিং লিংখৎখি। সভা অসিগি পানদমদি 'প্রচারক' তৌবগি থৌদাংদ মাইপুনন হোৎনরক্পন ঙসিদি চহি কুন্মঙা মপুং ফারদুন সিল্ভর জুবিলি কুমওনসু পাংথোকখ্রে। লোইনন পিক্ন হোৎনজরকপ সভা অসি ঙসিদি মপুং ওইব মেমবর সাহিত্য সুব মিওই চহুমগি মথকতা লৈরে। লমদমসিদ সাহিত্যবু য়োকখৎনবগি ৱাখলদ সনদোরকপন ঙসিদি সাহিত্য সুব মিওইসিং চিংথোরকপন সভাসি সাহিত্য লুপ্সিংগি মরক্ত মফম অমদি ফংব ঙমলত্র হাইন ৱাখলদ ফাওরে। পানদমসিংসি য়োকখৎনব হাইদুন সভাগি এৱাদ অনি পুথোকখ্রে, মদুদি 'প্রিয়সখি সাহিত্য মনা' অমদি সাহিত্য সেবক্, মিওই অনিদ পিব 'ইবোতোমব এৱাদ' অসিনি। সভাগি পানদম অসিগ মরি লৈনন হনদকসু স্রি থোংগ্রাতাবম বিস্বামিত্র সরমন মহাকবি দ্রামাগি লাইরিক "তাইবং ইরৈদ" হাইব দ্রামা মচা অহুমগি অপুনব লাইরিক অসি পুথোর্কাপিরকলি। সভাগি ফোংখিব লাইরিকসিংদ দ্রামাগি মখলদি মসিং য়ামন লিকলি। মহাকবি লাইরিকসি পুথোকপদ সভান নুঙাইব পেনব পোকই। মহাকবি "তাইবং ইরৈদ" হাইরিব দ্রামা লাইরিক্সিদ য়াউরিব 'লাললিবসি কনানো' 'তুরেল' অমদি 'পুনসিদ' মখোইসিংসি দ্রামা অচোবসিং নৎতে দ্রামা মচা ঙাকতনি। দ্রামাসিং অসিদ অইবন মিওইব খুননাইসিদ নৈদুন লৈরিব মিন মিবু ওৎনব অদুগ অমুকসু খরা সোনব কাংবুবুদি সুমদুন নৈহৎতুন চাবগি মিওইবদ লৈরিব ৱাখল অমদি থবকসিদ পানদম থমদুন ইবনি। দ্রামা লাইরিকসিন বিস্বামিত্রগি অহানব ফোংব দ্রামানি। খ্রিং ২০০৩ মে থাদ অইবগি সৈরেং লাইরিক 'পুনসি লমবিদ' সু ফোংখ্রবনি অদুগ অইবগি লাইরিকসিংসিদ বানানগি অহোংব থেংনবিগনি। ঈ ঊ ঋ ছ ঞ মুরধ মরেকসিং ঃ- ট ঠ ড ঢ ণ ষ য ক্ষ অমদি কনসোনেন সিক্বেনস কয়াদি সিজিননদ্রে। তপনব ময়েকসিংদ কনসোনেন (ক্লসতর) ৱ(্ব), র(্র), ল(্ল), য়(্য), স(স্) মখোইসিতমক্ সিজিনরি। অইবগি থৌরাং অমদি পানদম অসিদ সভাগি লোন নৈনব য়োকখৎপগি পানদমসু পুনসিনব মাগি লাইরিকসিংসি পুথোরকপদা নুঙাইব পোকলি। পাবিয়ু নৈনবিয়ু সভাবু য়োকখৎপিয়ু।

তোংব্রম বাবুলাল সিংহ

কেসিয়ার মনিপুরি প্রাচারক সভা, ৱাংজিং

# অইবগি ৱারোল্

খংদ হৈতন অহল্সিংগি মতুং ইনজরক্পন ঙসিদি সাহিত্যদ ঐগি চম্লব খুদোল্ 'তাইবং হঁরৈদ' লাইরিক্ অসি অপুন্বনি। অহান্বগি লাইরিক্তুন সৈরেংগি ওইখ্রবসু মসিমদি দ্রামাগি অপুন্বনি, তৌবগিদি খরা তেন্ব মখল্নি। হেন্ন লুথন য়েংলগদি মদুন ৱা অমনি। তৌবগিদি খল্লুবদ থমোইসে ঙক্তব ঙম্জদে, করিন ঐনবু হাইবসিদনি অদুবু ইস্বোরগি দয়ানি। ওজসিংগি চাওরব মিনুংসিদনি। পাম্জদুন তৌজবনিমক্ হাইরুদ্রবসু মিয়াম্দ পাওজেল্ অমা-অনিদং ওইরবসু খন্দুন সাহিত্যগি খুৎথাংদ পাওদম্জবনি। ৱাহে খরসিন মিয়াম্গি তোইন হংনব ৱাহং করিগি লাইরিক্ ইদুন ফোংলিব, মদুগি পাওখুম্ ওইজরি। পৃথিবিগি চাওরব সাহিত্যগি মঙাল্-মসেক্কি ৱান অমনি।

ঐঙোন্দ তোইন ফাওজব ৱাহে তাইবংগি ইপাক্সে মপাল্ নাইদে, সাহিত্যদ থমোইগি ইহুল্সু পাক্-চাওই অদুগ অমুক্সু মনিংতম্ই। হঁরৈসিদ লাক্সিল্লুব মতম্গি মোন্দ্রংদুনি ঐন মিয়াম্ মাংদ লাইরিক্ ওইন পুথোক্চরিব। অদুন ৱারি পরিংসিং অসিদ কনাগুম্বগসু মরি লৈনজদে। কল্পনানি খন্বিয়ু, মসিনি সাহিত্যগি ইথক্-ইপোম্ হাইবদু। অমন চম্লব খুদোল্সি কনাগুম্বন পাবিয়ু নৈনবিয়ু অৱাৎ-অপা অসোই-অঙাম্ তাক্পিরক্উ তরাম্ন লৌসিন্জগনি।

অরোইবদ পাবুং, তোংব্রম্ বাবুলাল্ সিংহবু ঐগি পুন্সিদ সিংব ঙম্লরোইদব লমন্ অমা তোন্সিন্লবনি। ঐন সাহিত্যদ খোংদারক্লিব, লাইরিক্ ফোংজখিব অসিদ পাবুংগি চাওরব থৌদাং য়াওই। লোইনন বি, বি ওপ্সেত্ প্রেস্কি ওজাসিং বোবোমচা, বিসেস্বোরগি মফম্দসু চাওরব লমন্ তোন্সিন্জরে অমদি ইনাও বরুন্দেব্ সিংহনা কোভর কলেক্সন্ তৌবিবগিদমক্সু তৌবিমন্ খংব উৎচরি। লোইনন লাইরিক্ অসি মিয়াম্দ খুৎসিন্নজরি।

অইব ঃ-

*বিস্বামিত্র*

তাং ঃ - ০১/০৯/২০০৪

# য়াওফম্

# লাল্লিবসি
# কনানো

য়াওগদব মিওইসিং ঃ-

(১) জোইকুমার
(২) সক্থি
(৩) বিনা
(৪) কুন্দোরৈ
(৫) কান্ত
(৬) থোইবিচা

# অহানব

## জোই ফমুংদ হিপ্লি মচা চংলক্ই

থোইবিচা ঃ- বাবা ঐ ইস্কুল্ চৎলুখিগে। (চংসিন্লক্লগ)

জোইকুমার ঃ- থোইবি, নং বাবাগি ইসিং খরা পিরম্খোদন।

থোই ঃ- ঔ, বাবা। (লৌব চংখিব)
বাবা অসাব ইসিংদি লৈরম্দ্রে।

জোই ঃ- ফরে-ফরে, অইংবদু ওইন থক্লগে।

থোই ঃ- সিদ থমলগে, ঐ চৎলুখিগে বাবা। (চৎখিব)

জোই ঃ- য়ুমসিদং পানজরমদ্রুদি ফংলমলোই চৈনাসি ঐন মসিগিদমক্ কুনদোরৈবুস্ ইন্থোকপিখিবনি, ইমাগিদমক ঐ নুপি অমগ লুহোংখি, ঙসিন ইমাগ, নুপিগন ইমুংগি ভার পুম্নমক পুরি। অদুগ ঐন নাদুন থৌনা য়াওদন হিংলি ঙসি।
মতমদো ঙসিসু নিংসিংলি। (ফ্লাস বেক)

সক্খি ঃ ইবুংঙো, নহাকন কদোমদ অমুক চৎলুরিং

জোই ঃ সিংজু চানিংদ্রু কোবি ককলুবনি।

সক ঃ- ঙসিদি কোবি মথেল চাব হাইবদুনি।

জোই ঃ ঐ সোইরকঅগে ইমা, থাংদু পিরক্লো। (কোবি সোইব)
ঙসি খুংগং অসিদদি চানিংব মনা-মসিং হেকত্ন চারি, সহরদদি মসি অৱাবগি মসক্নি। গারি, সেল্ তিংন য়ান লৈরি, মদুমকতদসু অপাম্বদি ফংনদ্রি।

সক ঃ হোইনে-হোইনে, মদুন য়াফম অমনি
অদো ইমা-ইচা ৱাফম অমদি তানসি।

জোই ঃ- ইমাগি হৌনবি অমুক্ তৌরকলনি,

সক্ ঃ- মদুগি ৱা নৎতেনে, নংন ভাপ্ হমনদবৈ ৱানি।

জোই ঃ- ফরে ইমা তোক্লসি।

সক ঃ- নংগি খন্বদ ইমা সিব ঙম্লোইদৌরি,
নংন নয়ুম-নকৈ পান্জদুন তাংদাংব অমা খংজহৌরবদি-,
মসিগি খন্বদ ইমাদি ইকোক্সিদ সনজিং থোংগৎলবনি।

জোইকুমারঃ- ইমা, লুনসু খন্‌বিরুগনুদা মতম্ লৈরি।

সক্‌খি ঃ- য়ুম্‌সিগিদি য়াম্‌ন থেংমল্লবনি।
ইমা ইচাদং লৈরিব ইমুংনি।
নংসু চহিদি ফন য়াম্‌লবনি নমান্নবসিং কয়াগি
মচা ফাও লৈসাবি পাখং ফাখ্রবনি,
পুমনমক্‌সিগি মথক্ত ইমাসু অহন্‌গি মতম্ ওইসিল্লক্লবনি।

জোই ঃ- ইমা, ঐন মিগুম্না হকচাংসি ফরম্লবদি—।

সক ঃ- নং মুন্‌ন অমুক্তং খল্লু, মসা ফৎতবা মিমখৈসি
ময়ুম্-মকৈ পান্দ্রবদি মালেম্‌সি কম্‌দৌনি।

জোই ঃ- ফরে ইমা, ঐসু খল্লিবনি।
ঐ য়েন্‌বি-য়েনাওসিংদু অমুক্তা য়েংসিল্লুখিগে।

সক ঃ- হোই-হোই য়েংসিন্‌জরুরো। (জোই থোক্‌খিব)

................

# অনিসুব

## য়েন্‌গোন্‌দ জোই য়েরুম্ খুনজিন্‌ব, কুনদোরৈ লাকপ

জোইকুমারঃ- য়েরুম্ লৌবিসিংদু ঙসিদি থেংইদ,
য়েন্ লোইবসি খরদি অদুম্ কান্নৈদ,
নোংমদ মরুম্ য়াংখৈদি তাদন খুল্লি।
উম, মসিগি লৈসাবি সোইনৌ অসি অমুক্ লাক্অনি।

কুন্‌দোরৈ ঃ- কামচা। (কৌদুন চংসিল্লক্ই)

জোই ঃ- (সোন্‌থাংনন হাইব) লৈকাইসিদ পাখং কুইন ওইবসিদি,
লৈসাবি সোইসিংসে মমিৎ-মনা ওন্‌থোক্না চোইগদৌরি।

কুন্‌দো ঃ- কাম্‌চা করিনো উংলিদুবু?
পাখং সরিসি সুম্‌হাই তৌনবোইরে সিদি, মতামনি।

জোই ঃ- কুন্‌দোরৈ নং অমুক্ লাক্এ।
নংবু লাইরিক্ লাইসুগ ইয়েং য়েংদ্রবো?

কুন্দোরৈ ঃ- মাগী হৌনবি অমুক্ তৌরক্লদৌনি।
কাম্চা য়েরুম্ ময়াম্সি ঐ খুন্জিন্বিরগে।

জোইকুমারঃ- মোৎকনিনে নাফ-নরোনদো, ঐ হোৎনগেদ।

কুন্দো ঃ- মোৎলোইয়ে, নতেং পাংবিগে, তৌনি
ইস্- য়াম্মিহে সিদি। ইঙৌ ঙৌরদন। (খুন্জিন্ব)

জোই ঃ- নিংথিন তৌকো, কাইখি-লাক্খিনি।

কুন্দো ঃ- ইস্ পাখংনবু অসুক্ লিকপসিদি,
ঐ নংগুম্বদি অমতসু থেংনরক্ত্রি, নিংথিন তৌবিদোইনি।

জোই ঃ- ফরে-ফরে, লোইসিললবদি থোরক্লোদন।

কুন্দো ঃ- ঐসু খংজে ইবুংঙো, নংন।

জোই ঃ- নংসে য়াম্ ঙম্দৌরি, কাম্চাসু কৌরি।

কুন্দো ঃ- কামচাবু ঐখোই সাগে ককা মচারো?
লৈকাই ময়াম কৌনবে কৌবিবগি ৱানি।

জোই ঃ- ফরে, নংন ঙম্জরো, অদো নংবু চৎনিংদ্রিবরো?

কুন্দো ঃ- তানদ্রসু চৎকনিদ অদুম্ন মিবু ইকাইব পিবদি,
ঐসু লেনাগুম থোৎলিবি লৈরাংগি মপোক্নি,
ইকাইবসু খংই, হংগোইবসু, অপাম-নুংসিবসু খংলিবনি।

জোই ঃ- নুংসিদুন ফাগি তৌবনি,
নমাইগদু ইঙাং ঙাংসিল্লে, সাওরনু সে কুন্দোরৈ।
ঐ নঙোনদ লাললে, সে সিদ্ নিংথিন ফম্মু সাওরনুকো।

কুন্দো ঃ- সাওদে কৈসু।

জোই ঃ- য়েরুম্ল, অমুন্ব অৱাথবির চানিংব অমদি হাইয়ু।
অসাওবদু নেম্থখিনব করিনো অমা চাসি।

কুন্দো ঃ- চিনি পিজরগ থেম্বদি হৈরেনে।
অদুক্ লিক্প নংগি নরন্বু, চাজরোই।

জোই ঃ- য়েংউনে হংখোনসিগি অকোইবদ ঙাংন মুল্লিবা অৱাথবিসিং
মখোইসি উরুবদ নংবু চানিংব পোক্তব্রনে?

কুন্‌দৌরে :- অদুগিবুদি ঐসু মিনে খংলবো?
নহাক্‌কি লিক্‌চব নতৌদুদ হাইঙম্‌দবৈ ৱানি।

জোইকুমারঃ- মিবু লিক্‌তব লৈব্রনে, মতাংন মতম্‌ন পুবনি।
চৎলোনে নসান পাম্‌জব অমা হেক্‌লুৱো।
থাংসু সিদ লৈরেদন। (চৎখিব হেক্‌প)

কুন্‌দো :- ঐ খোক্‌লক্‌অগে। (খোক্‌প)
সে- কাম্‌চা চামিন্‌নরসি।
অদো কাম্‌চা ৱামদি হাইগে।

জোই :- হাইয়ুনে হাইয়ুনে।

কুন্‌দো :- লাইরিক্‌ অদুক্‌ হৈরগ সর্‌কার্‌গি থবক্‌ অমা তৌগেদি হাইদ,
য়েন্‌ লোইদুন, হৈ-ৱা থাদুনা লৈরিদো ইকাইদ্রো?

জোই :- করিগি ইকাইরুনি গোমেন্‌গি থবক্‌ত ঙাইরবদি কম্‌দৌনি।
লম্‌দম্‌সিগি লাইরিক্‌ হৈরব মিগি মসিংদি ইসিং ইচাওনি,
কনান মিয়াম্‌সিগি থবক্‌তি পিব ঙম্‌গনি।

কুন্‌দো :- চুম্‌মি কাম্‌চা, থবক্‌ মসিংদৈদি
মিগি মসিংন ধম্‌মা অমা হেললে।

জোই : - ঙসিগি সমাজ্‌ অসুম্‌ন ভাব্‌ তানরক্‌লবদি,
লৈবাক্‌ অসি চাওখৎপ ঙম্‌গদৌরিবনি।
নৎতদুন থবক্‌ ফংদ্রে, মিমান্‌নদ্রে ঐদি,
ইমান্‌নব কয়ান জিপ্‌-কার তোংলি, নুংঙাইন হিংলি,
অদুন নিংব কাইদুন ঐখোইসি নেসাদ লাইচুদুন লৈরব
নোংমদি সোইদ্রবনি লৈবাক্‌ অসে তাংগোই ওন্‌খিব।

কুন্‌দো :- কাম্‌চা ৱারিসি য়াম্‌ লুরে,
মসি তোক্‌লসি অদুই সরুক্‌ ঈসেদুম্‌ অমত সক্‌পিয়ু।
তারগ ঐসু লাইরিক্‌ তৌরুরগে।

জোই :- সক্‌কেনে, ঈসে তানিংলব,
ঈসেনি ঐগী পুন্‌সিগি সুর্‌।

ইসৈঃ নুংসিব লৈনম্ থমোইদ
নাথৈন লাক্লে পুন্সিসে
থমোই পান্দব অমগুম্
উরি মিয়াম্ন ঐহাক্সে।
লৈরাংন হংলক্খি ব্রাহং
পাউখুম্ পিবদি ঙম্খিদে
ইরাননি খনন হিংলগে
থমোইদি কাইখি খাংঙম্দে।
অতিয়াদ পাইরি লৈচিল
পনথুং লৈতব লম্বৈনি
মসিন নাখেখি লৈরাং
তাংন ফংজব মপোকনি॥

. .......... ...

## অহুম্সুব

### জোইগি য়ুম্দ

চন্দোরে ঃ- কাম্চা কাম্চা, (কৌদুন চংলক্প)
হস অমুক্ উংদুন লৈরম্লে,
পাখং সরিসে ওন্থোকন উংগনস্রে
হৈমা! নহাকতি ব্রান্থদুন লৈরে
ইসিং ইসিং! ও- সি লৈরে! সে ইসিং থাগে। (ইসিং থাব)
কাম্চা তারব্র কাম্চা গ্যান্ তারব্র?

জাইকুমারঃ - উম - -, (গ্যান্ লাক্প) ঐদি গ্যান্ মাংলুরমানে।

কুন্দো ঃ- কদৌরিনো?

জাই ঃ- য়েংউ, ময়েক্সে সুর্ পান্গে তৌরম্বনি।
গ্যান্ তারক্পদ নংন লাইকন্নরম্লিবসিনি।

কুন্দো ঃ- কদাই হারমোনিয়মদু অমুক্ত থাংদোক্উখিগে। (থাংদোক্প)
ঐ হৈনৌ অমুন্ব পুরক্ইনি সে চানব তৌসে।

*জোইকুমারঃ- মোরেগিদি নৎতেকো?*

কুন্‌দোরৈ ঃ- ঐখোইদে হেক্‌পনে,
ঙহান্‌ কাম্‌চান অমুন্‌ব অৱাথবি পিজৈদন
অদুই ঐন অমুক্‌ অমুন্‌বসে পিজনিংদুন।
মসি হিংমিন্‌নবৈ মরিনি, অমন অমগি মতেং পাংনদুন।
থম্‌খো মিওইবদি, সা-উচেক্‌ ফাওব পুন্‌ন হিংমিন্‌নরি।
অসংব অতিয়াদ পাইরি চেক্‌লাসিংন সাখিনি, করিগুম্‌বদ নৎতন।

জোই ঃ- ফরেনে, চারসি হৈদু খোক্‌লোনে, থাংসু লৈরেদন।

কুন্‌দো ঃ- থাংনেন মপুগ ওন্‌থোক্‌ন মান্‌নখ্রে
থাংগোন্‌বু মাল্‌লেনে।

জোই ঃ- ঙাইখোনে, কুন্‌দোরৈ, ঙসি নহাক্‌পু কদাই চৎলুগে?
য়াম্‌ কে-মৌন নিংথিজন উইনে ঐদি।

কুন্‌দো ঃ- চৎলুদেদ কদাইদসু, তুম্‌লিব কনাগি থমোইসে
হৌদোক্‌লগে খন্‌দুন মতম্‌গি মাইতে-নুংতৈ ঙম্‌ন
লোইনদুন লাক্‌লবনি। সে কাম্‌চা চারসি।

জোই ঃ- (হৈ চান) চন্‌দন্‌ অসিসু কয়াদি নিংথিরে,
উরুবদ পুক্‌নিং অসে ইনৌ-নৌহন্‌লে।

কুন্‌দো ঃ- অসেংব থমোইনুংগিনিকো। (থৱাই য়াওসিন্‌ন)

জোই ঃ- উম্‌, নুপিন অসুম্‌ন চন্‌দন্‌ থিন্‌বসে ঐদি পাম্‌জে।

কুন্‌দো ঃ- অদুদি নংগিদমক্‌ নুংতিগি থিল্‌লগে।

জোই ঃ- হুম্‌ অদুমক্‌তি হায়রোইদ ঐসু।

কুন্‌দো ঃ- থাবল্‌ন ময়াই কারক্‌লবসু থাগৎপিনব লৈত্রব,
লৈরাংন পোম্‌সাৎনরসু য়েংবিনব লৈত্রব,
ঙম্‌ন অরেম্‌বনি।

জোই ঃ- অঙাং নংনে ৱাখল্‌ খরা হেন্‌মল্‌লি, মদু ফৎতে।

কুন্‌দো ঃ- ঐবুদি খল্‌লরোইনে, অদো নহাক্‌তি ৱাখল্‌দ ঙাওদেকো।
ঙসি থোক্‌খিব থৌদোক্‌ ঐন থেংনরম্‌দ্রবা করি ওইরম্‌নি।

জোইকুমারঃ- ঐসু মখল্ মথেল্ ৱাখল্ খল্লি,
মসিন কোক্সিদ সনজিং লিসিং থোংগৎলি।

কুন্দোরৈ ঃ- সিগনি কিদুন তুম্দবদি লান্গনি,
পুন্সিসে থৌনা খরসু লৈন হিংগদবনি।

জোই ঃ- মদু লোইন চুম্লবনি
কাইদোংসিন সোল্লবদ গাংব ঙমদবগি ৱানি।

কুন্দো ঃ- সেৎনিংদ্রবরা নংবো অহনব ফি অনৌবিগি,
অয়ুক্কি-সনধ্যাগি নুংসি-নুংওন্ ধুপ্নম্
চেংতকপি চন্দন ফিজিল হকপি ফিজিন্ লৈতেংলব মাইথোংদো।

জোই ঃ- ফরে, নহাক্সু হন্নব তৌরো য়ুমদ থিনরমলগনি।

কুন্দো ঃ- হৈরেনে মি তান্বদি, চহি য়াম্লবনিন, চৎচরে। (চৎখিব)

জোই ঃ কুন্দোরৈসিব্ ঐগি থমোই ফাগে খললিবজাৎল?(মথনতা সোন্ব)

..... .. ... .

# মরিস্ুব

নুমিদাং, জোইগি য়ুম্দ কুনদোরৈ লাকপ

জোইকুমারঃ- ফমমু-ফমমুনে, করি লৈরগে কুনদোরৈ?
নুমিদাংসিদ নংন অমুক্ লাকইসিন?

কুন্দোরৈ ঃ- ঐবু হল্খ্রো হাইরিবরো?

জোই ঃ- ফরে, হাইরো করিনো?

কুন্দো ঃ- ঐন লাকইসে উন্গি মথক্ত নেৎলিবনি।
কিজরিবসু কোরৌ মাগি মৈসাতনি।

জোই ঃ- নংন হাইনিংবদু লাইথোক্ন হাইয়্।

কুন্দো ঃ- কাম্চা, ঐবু নংন নুংসি মিয়েংখাদ থম্বিয়ু,
ঐ নহাকপু থমোই সেংন নুংসিজৈ।

জোই ঃ- কুন্দোরৈ। (ঙাইহাক্ তুম্মিন্ন লৈব)
কুন্দোরৈ নহাক্ .........ঐ.....ঐ ও। (তৌফম্ খংদব)

কুন্‌দোরৈ ঃ- কাম্‌চা ঐ ঙসিদি নুংসিবনা ঙাওরে
ঐহাক্‌ ইরৈসিন ঙক্‌সম্‌ য়ৌন লাক্‌সিল্‌লক্‌লে।
অফ-ফৎত ঙম্‌ন তুংওইনহল্‌লে।

জোইকুমারঃ- কুন্‌দো ঐবু ঙাক্‌পিয়ু, ঐ য়ুম্‌ পাল্‌লরোই লেপলে।

কুনদো ঃ- কাম্‌চা! অদুক তয়াংব পাউখুম্‌? (য়াম্‌ন নিংঙম্‌দন)

জোই ঃ- ঐসু মিনি, পুম্‌নমক্‌ ফাওরিব, অদুবু মম্‌হল্‌লে।

কুন্‌দো ঃ- কাম্‌চা, পুম্‌নমক্‌ অরেমবদ তারবকো। (কপপ)

জোই ঃ- কুনদো, নহাক কপকনু, ঐদি মাইথিরব লানমিনি।
ময়াই চমলব মুৎসি-মুৎসি ঙাল্লিব মৈরান।
মপোক্‌সে ঐগি মতিক চাদ্রবনি নংগি

কুনদো ঃ- নংগি থমোই নুংদগিসু হেন্‌ন কলান
নংতবু পাম্‌জন সাগৎচরুব পুনসিংগি আসান
ঙসিদি ঙমনমক্‌ অরেমবদ তারব মপোকন
নহাক নুংসি খংদবনি অসুক তম্‌থিন ইনথোকলি।
ঐসু নুপি ওইবি মপোকনি ব্রারমলোই খনবব

জোই ঃ- খন্‌গনু ঐবু খ্বাইদগি সোললব মিসোনান।
মিনি ঐসু হৌরি ইথক্‌ ইপোম থমোইনুংদ
মপোক্‌সিদ ঐগি কাইদোংসিন নোংদম থিখবন,
ঐদি থমোইগি লাইনা নারবনি।

কুন্‌দো ঃ- কাম্‌চা ঐ নংগিদমক সিবসু ঙমগনি।

জোই ঃ- পুমনমক্‌ ঐসু খংইনে, নহাক্‌কি সেংলব নুংসিব
অদুবু ঐদি ময়োন্‌ কংলব পামেননি
মপোক্‌সিদ নংবু নিংব থুংহন্‌বদি ঙম্‌লরোই।

কুন্‌দো ঃ- কাম্‌চা ......, ফরে ঐগি পাংগল্‌ অমুক লৈত্রে,
ঐ চৎলগে নফম্‌দগি তাম্‌ন, নিংঙম্‌দ।

জোই ঃ- কুন্‌দো পাম্‌মুন নংবু পুন্‌সিগি থাদোক্‌লবনি।
ঐ নংবুদি নুংসিরি, অদুবু ননিং থুংহন্‌বদি ঙম্‌খিদরে।

# মঙাসুব

## মথং নুমিদাং জোই য়ুম্দ

কুন্দোরে ঃ- কাম্চা অরোইব ওইন অমুক্তং খুরুম্জগে খন্
ফি-দখিনা পুদুন ননাক্ত লাক্লিবনি।

জোইকুমারঃ- কুন্দো, নহাক্ হয়েং লুহোংগদবনি মতম্সিদ।

কুন্দো ঃ- মরম্সিন লাক্লি অনিংব বোর্ অমদি পিনবিয়ু।

জোই ঃ- কুন্দো নহাক্পু ঙসিদগি পোক্মিন্নব ইচন্ সকলবনি।
নহাক্সু ঐবু নবুংমক্নি খন্গদবনি।
ইচন্গি পুন্সিদি খোংথাং খুদিং মাই পাক্প ওইয়ুকো।

কুন্দো ঃ- মাইপাক্প, অদুবু নিংঙম্দব মৈচাক্ অমদি অদুম্মক্ লৈহৌরগনি।

জোই ঃ- পুন্সি মাদি খোংথাং খুদিং অহোংব নাইবনি।
করিগি অদুম্ন সোন্থন হিংলুগনি।

কুন্দো ঃ- ঙসি অহিংসিন লোইখিবগ হয়েং কৌব কোরৌদদি
ঐ অসে লম্লান্ব মাগি হাইবদো ওইখ্রনিকো।

জোই ঃ- পুম্নমক্ ইস্বোরগী নোংদম্খোল্নি
কুন্দো ইবুংন হাইব ইল্লু, অৰাব ৰাখল্ থাদোক্উ।

কুন্দো ঃ- মাইথোংদ তারি অৰাব, মসে থমোইগি মমিনি
ঐ চৎলগে, নুমিৎসে থেংজিন্খ্রগনি।

জোই ঃ- ফরে, নহাক্ নকোক্ ফাও চিক্কনুকো ইবেম।

কুন্দো ঃ- ঐ চৎলবনি থমোইনুংদ খাইন মৈচাক্ পুদুন।

................

# তরুক্ সুব

## জোই য়ুম্দ

সক্খি ঃ- ইমাগি জোই, নহাক্ করি খল্লিব ?
হাইয়ু ইমাদ তাংদাংব অমদি। (সাওরপন্)

জোই ঃ- ইমা।

সক্ ঃ- পুম্নমক্সে নংননিকো, গ্যান্ তাব ফৈ।

জোইকুমারঃ- ইমা নচাবু ঙাক্পিয়ু।
সক্খি ঃ- মদুর মতম্ সাংন খল্লক্পগি পাউখুম্।
জোই ঃ- নচা মাইথিরব লান্মিনি পুন্সি লম্বিদ।
সক্ ঃ- পেন্দেদ, মহৈরনে, মসিবু ইচানুপা পোক্লুবগি!
ইসু কুন্দোরৈদু নুংসিবনি।
পোক্চবি নমাগি মংলান্সু খংদব
ইমা পেন্দে।
জোই ঃ- ইমা অদুগুম্ব ৱাফম্বু, হৌনদব।
সক্ ঃ- হৌজিক্পু করিন হৌনরিব,
সাগৈগি মৈরা চুখৎনিংদ্রব নংব্ৰ করমন
ধরম লৈবনি হাইরসিগে?
জোই ঃ- ইমা, নচান তৌগদবসিবু, হাইফম্ খংদরে।
সক্ ঃ- নং নসা গ্যান্ লৈরব মিসক্নি,
খংলুদে করিগি পুন্সিসে অমর্ নৎতে হাইব,
মালেম্সিদ মিকুপ্ খরগি সৈদাংব লাক্লিবনি হাইব।
জোই ঃ- ইমা, নচাই ৱাখল্সি সিব য়ৌন ৱাহন্লে।
সক্ ঃ- নহাক্ য়ুম্ পান্দব য়ারোই, খোংফম্দু হোংদ্রব,
ইমাবু ফৎতে হাইগনু, ৱাসক্তুন হাইরিবসিনি,
সৈত্যন সাকখি ইমা য়ুম্সি থাদোক্তুন চৎখিনি।
জোই ঃ- অসুক্ লুম্লব চাংয়েং, সোন্থরব থমোইসিদ।
ফরে ইমাগিদমক্ অৱাব খরা মাইয়োক্নরগে।

................

# তরেৎসুব

## জোইগি তুম্ফম্ কাদ বিনা চংলক্প

জোইকুমারঃ- থবক ইন্খাং লোইসিল্লব্রা?
বিনা ঃ- হোই লোইসিন্জরে।
জোই ঃ- ফরে ইসিং গ্লাস্ অমত পুরক্উ।

বিনা ঃ- হোই লৌজরুগে। (পওজ) সিদ লৈজরে।

জোইকুমারঃ- ফরে নুংঙাইরে। (ইসিং থক্‌প)

বিনা ঃ- ঙসিদি ঐ ব্রা অমত হংজগে?

জোই ঃ- হংঙুনে করিগি অদুক্ কোইরিবগে?

বিনা ঃ- ঐন লান্‌ব তারব্র, নুপিনি ঐদি।
নোংমতসু হরাও-মিনোক য়াতোন্ তম্ থমোইবু নুংঙাই
পেল্‌হন্‌বিদে,ঐসিবু য়াম্‌নমক্ মতিক্ চদ্রবর, ইকাইব পোক্‌ই।

জোই ঃ- বিনা নং নুংঙাইতব খন্‌গনুকো,
ঐদি হৈনব ওইখ্রে, নুংঙাইব-হরাওব ঙম্‌দবসে।
ঐগিদি নংসে খ্বাইদগি মপুং ফারবিনি।

বিনা ঃ- ব্রাহেসিন নুংঙাইহল্‌লি অদুবু চিংনবদি লৈরি।

জোই ঃ- পুন্‌সিদি অপেন্-পেন্‌দ, অব্রা-নুংঙাইন ওইবনি।

বিনা ঃ- অদুবু হোনি-মুননি, নুপি নুপাগি মরিদ,
কে-মৌন ওইনন লৈমিন্‌ননিংই, অদুবু অদোমন
নোংমতসু পেলহনবিখিদে, নুপিনি, ইকাইবন
থললব মপোক্‌নি অনিংব অমতসু হাইজব ঙম্‌জদে।

জোই ঃ- চুমমি, হাইফম থোক্‌প ব্রাকৎনি,
ঐ করিগুম্‌ব ব্রাখল্‌দ,
মতুংদদি নহাক্‌পু নোক্‌হল্‌লগনি।

বিনা ঃ- ফরে, পোথাবিরো নুংসাসি য়াম্‌ন ওম্‌চাক্‌নখ্রে
ননাইনুবিন পেননব সেবা লাংজগে। (ফ্লাস্ বেক্ লোইব)

জোই ঃ- ইসিং, ও (লৌদুন থক্‌প) পুন্‌সি নহাক্ ইসিংগুম্‌বনি।

বিনা ঃ- (চংলক্‌ই) চাক্ থোংদ্রিনে, অমুক্ উংদুন লৈরিনি।

জোই ঃ- নহাক্ হল্‌লক্‌প উহৌদ্রেদন, ফরে ফরে।

বিনা ঃ ফৎতবসি নোংম-নোংমগি অসুম্ হেন্‌জিল্‌লক্‌লেনে।
মতম্‌সে য়াদবনি, ব্রারবসু চাক্‌সি পোথা পোথা থোংবিরমলবদি
ঐন চৎলুরবসি চাক্ থোক্‌নব পান্ দুকান্ হাংলুরিবনি।

*জোইকুমারঃ- ঐবু, করিসু হাইখিদ্রিদ,*
নংন পোরোক্ সোন্বগুম্ চাক্সু লাম্লরিনি।

*বিনা ঃ- ও গ্যান্দি লৈনে, ইনেম হনুবিদুসু কৈথেন্ কাখ্রিবনি*
হাইদুন তৌরিদুসু মচাগি খন্দুন ঙন্ন হল্লক্প য়াবনি।

জোই ঃ- বিনা, ঐ হক্চাংসি ঙম্দদুন তৌবনি।

বিনা ঃ- ঙম্দে হাইদুন চাবদি তোক্তেনেকো।

জোই ঃ- (সোন্থাংন) মসিরনে য়ুম্বান্বৈ নুংঙাইব হায়বদুবু।

বিনা ঃ- করিনো অমুক্ সোল্লিবদুবু?

জোই ঃ- বিনা, ফরে ঐ সোইখ্রে, হয়েংমখৈদি হোৎনরম্লগে।

বিনা ঃ- ব্রা কোৎচি থাংনগুম্সি।
কনাই নুপিনবু য়াগদগে, খুদিংমক্ নম্সিন্বিরগ।

জোই ঃ- ঐ নঙোন্দ সোইরে হাইরেদন,
ঐ মিমান্নদ্রে, সিখ্রো হাইরিবরো, নংগিসিবো?

বিনা ঃ- মদুনবু ব্রাই সংলনি।

জোই ঃ- (থমোই সোক্ন) বিনা ---।

বিনা ঃ- য়ুম্ পান্গনিদি খংলগ করিগি খংদ্রি দাইত?

সক্খি ঃ- বিনা, নখোইবু তারিবো, পোৎ-চৈ য়াওরক্লিনে। (মপান্দৈ)

বিনা ঃ- হুং পেল্লিহে।

সক্ ঃ- নখোইবু চাক্ ইসিং চানরব্রো? (চংলক্প)

বিনা ঃ- চাক্ থোংদ্রিদ।

সক্ ঃ- ফরে-ফরে ইমা থোংনব তৌরগে, নং য়েন্সাং সেমলম্মু।

বিনা ঃ- নুংঙাইরে থোংবু থোংবিখ্রবদি, ঐদি খরসু চারক্লে অতৈ।

জোই ঃ- চৎলোনে করি করিনো খরা সেম্লুরো।

বিনা ঃ- ঙাংলক্খিনি কিরবরা?
মিমান্নদ্রব নখোইদি খাংব তাবনি। (চৎখি)

জোই ঃ- ইমা নচা য়ুম্ পাল্লুবৈ মহৈ চারেনে ঙসিদি। (মথন্ত সোন্ব)

...............

# নিপান্ সুব

## পান্ দুকান্দ কান্ত লাক্প

কান্ত :- মিসু লৈতে, তারিব্রো— ? (কৌব)

বিনা :- কান্ত! (মনুংদগি)

কান্ :- ঐ লাক্এ, ক্বা পিরোদন কদাই।

বিনা :- অদুগ করিগি অদুক্ মিহৌন য়েংলিব? (বিনা হৌগৎলক্প)

কান্ :- ইতৈমসে ঙহান্ মখৈদগিদি ঙসিন হেন্ন ফজরম্খ্রে।

বিনা :- ব্বাতাদি ইকাইববু পোক্ইদ কান্ত।

কান :- ঙসিদি থমোইসিদ ব্বাখল্গি ইথক্ অমখক্ হৌরক্লি।

বিনা :- করি ব্বাখল্ খল্লুরিব নংদি?

কান :- লাইবকপু নিন্দা তৌরুরি, নহাকপু লৈসারিঙে থেংনহৌদব।

বিনা :- হেনজিনব ব্বানি। (নোক্লগ) নংবু ঐখোই লেংগারনে?

কান্ :- নুপা অহনদ ওংলগ লিরে হাইরদ্রনে?

বিনা : ফরেসে, ক্বা চারো। অদো কানত য়ুম্ পান্সিন্নব তৌরো।

কান : পুকনিং চংলদে বাবা ইমাখোইনদি ঙাংলবনি।
ইতৈমগিদমকসু মতেং য়াম্ন পাংনিংই,
অমুকসু অকিব পোক্ই।

বিনা : ব্বাখলন থমোইবু সোক্হন্গনু, অমাংব লৈগনি।

কান : চুমমি, অদুবু ব্বাফম অমদি থাজে।
ব্বারব কনাগি মতেং পাংলুব অফব থবকনি হাইন।

বিনা : মদুগিসু অচুমবাদি লৈরিবনি।

কান্ : মদুনি ঐন ঙসি লেপ্লিব, ফরে চৎলগে। (চৎখ্রে)

................

# মাপল্ সুব

## জোইগি য়ুমদ কুন্দোরৈ লাক্প অয়ুক্কি মতম্

জোইকুমারঃ ও কুন্দোরৈ নং লাক্ইব্রা?

কুন্দোরৈ : হোই কাম্চা হন্দক্তি হক্চাং খরা ফগৎন উরে।

জোইকুমারঃ ফম্‌মু ফম্‌মু অদুদ। (মোরাদ ফম্‌ব)
নবুংগি হক্‌চাংসি নোংমন অদুক্‌ নুংঙাইব,
নোংমন সিব য়ৌন ব্লাহন্‌ব হাইফম্‌ খংদেদ।

কুন্‌দোরৈ ঃ তপ্‌ন অদুম্‌ ফরক্‌কনিদ, (লেপ্‌কক্‌ তৌব)
থোইবিচাদি উদে ইস্‌কুল্‌ চৎখিবর?

জোই ঃ উম্‌, চৎখিবদ মঙাইরি।

কুন্‌দো ঃ উম্‌ ফৈ, অঙাংদি খব্লা হোৎনবিব চংবনি।

জোই ঃ উম্‌, চুম্‌মি, ঙাইখোনে নরেন্‌দুবু সরকার্‌গি থবক্‌ তৌবদাই?

কুন্‌দো ঃ হাইস্‌কুল্‌গি ওজা অমা ওইরি।

জোই ঃ ফৈদ ফৈদ,পুন্‌সিদ কোম্‌লিনি,ইমুং পুবদ অতৈসু।

কুন্‌দো ঃ হোই অদুগিবুদি।

জোই ঃ ঐদি ব্লারে, পংখৈদু হেক্‌ য়ৌন।
হিংবসে তল্‌লে, ননম্‌মন হোৎনরি, ইমাসু পাংলি।
ঐদি অতোম্‌ অরেংদ চারি, মসিন ইকাইব পোক্‌লি।

কুন্‌দো ঃ কাম্‌চা ব্লাখল্‌ সোন্‌থবিগনু, মসি হৌনবিনি।
মসিনি হিংমিন্‌নব হাইবসে, ইনম্‌বু থাগৎলিবনি।

জোই ঃ ইবেম্‌ চুম্‌মি, অদুগিবুদি ননম্‌মসে ফখ্রব,
পুম্‌নমক্‌ মান হোৎনরিবনি।

কুন্‌দো ঃ করিগিবুদি ফরোইদগে মসক্‌ ফজব মিনি।
ঙম্‌নমক্‌ অফব ব্লাখল্‌তবু খল্‌লিবনি
ফরে ফি মতেক্‌ অসিমতং পুজরক্‌লি।

জোই ঃ ঐনদি ইচন্‌গিদমক্‌ করিসু তৌব ঙম্‌দে।

কুন্‌দো ঃ নচন্‌বু অদুম্‌ন খন্‌বিগনু, লমন্‌গি ব্লাফম নংতে
পুম্‌নমক্‌ নুংসিন হিংমিন্‌নবৈ মরিনি।

জোই ঃ খংদ্রে ইবেম্‌ নবুংসে করিবু হাইগদবনো।

কুন্‌দো ঃ কাম্‌চা, অব্লাব ব্লাখল্‌ খল্‌বিগনু
মসিন পুন্‌সিবু মসক্‌ থিহন্‌গনি।

ৱাফম্‌সি তোক্‌লসি,
কান্‌নদে নচন্‌দ ইসৈ অমত তাহন্‌বিয়ু,
তাখিদব কুইরে কাম্‌চাগি ইসৈ।

জোইকুমারঃ ইসৈ— । (থাজরুন্দন)

কুন্‌দোরৈ ঃ কৈদৌরগে কাম্‌চা?

জোই ঃ নহাক্‌ন হাইরবদি, কাম্‌চা ইসৈ সক্‌কে।
ঐ ইসৈ সক্‌খিদব কুইরে, নহাক্‌ন নপাম্‌ লম্‌
থাদোক্‌তুন চৎখ্রব মতুংদগিদি।
কনানসু ঐবু ইসৈ সক্‌উ অমুক্‌ হাইখিদরে।

কুন্‌দো ঃ কাম্‌চা— । (নুংঙাইতন)

জোই ঃ কুন্‌দো তারোদো, নবুং ইসৈ সক্‌লগে।

কুন্‌দো ঃ সক্‌পিরো কাম্‌চা, নচন্‌ তাজরগে।

জোই ঃ ইসৈ ঃ থাবল্‌ অহিং লৈহৌরনি
মালেম্‌ রিতু হোংলক্‌খিনি
পুন্‌সি লৈরাং কেন্‌থিনি
লৈরাং লৈখোক্‌ লোইরবদ॥
পোম্‌লগ সাৎপ ঙম্‌খিদে
পুন্‌সিসে লৈরাং মপোক্‌নি
বিধিন নোংদম্‌ থিখিব
অতিয়াদ পাইরি লৈচিল্‌
নোংমদি মদোম্‌ মাংখিনি॥
থৱাই চেক্‌লা পাইখ্রবদ
পুন্‌সি খোংগুল্‌ চাইহৌরনি
মপু পান্‌দ মোংব য়ুম্‌গুম্‌
তাইবংদ খোন্‌থাং য়ৈরম্ব
কনা তাক্‌লম্‌দ মাংখ্রনি॥ (লোইব)

কুন্‌দো ঃ কাম্‌চাদি খোল্‌বু করিসু হোংলম্‌দ্রি।
কাম্‌চা ইনম্‌সু হল্‌লক্‌অমানে। (চংলক্‌প)

জোইকুমারঃ হা!

বিনা : কুন্‌দোরৈ। (নুংসিদন)

কুন্‌দোরৈ : ইনম্‌ম

বিনা : ইসৈগ য়াম্‌ন নুংঙাইরম্‌লি, এ, ফিসিন কনাগিনো?

জোই : ইবেম্‌ন পুরক্‌পনি।

কুন্‌দো : ইনম্‌ম, য়ুম্‌দ ফি মতেক্‌ খরা সাবনি,
অদুদ বাবাগি, তোন্‌দোন্‌বগিসু পুরক্‌পনি
মদুদ কাম্‌চাগিসু অমতং য়াওজরক্‌পনি।

বিনা : নবুংগিদি লৈবনিদ, নখোই তোন্‌দোন্‌বগি ওইসনু।

কুন্‌দো : য়ানিয়ে ইনম্‌ম, কাম্‌চাগি ওইসনুদ। (ইকাইব পোকন)

বিনা : অদুগিদি কাইদেদ, অদুদ নবুংদি সেল্‌ থোক্‌তেদো,
নিংঙোল্‌ চাককৌবদ করিসু তৌব ঙম্‌লোইদো, ঐদি ৱাইনহে

কুন্‌দো : ইনম্‌মন ঐবু লান্‌ন লৌবিরে।
ফি মতেক্‌ অসিমতং পুজরক্‌পদি দখিনা লংসিনজব নংতে।

বিনা : লোইন ইচুম্‌দি চুম্‌মিদ,
ইমুংসিন ৱাবসিদ ফজফম লৈতবগি ৱা'নি।

জোই : ঐসু হন্‌বদ পুখো হাইরম্‌লিবনি, মরাই পুজখিনিদ।

কুন্‌দো : কাম্‌চা—। (থমোই সোক্‌ন)

বিনা : ইবেম কপ্‌কনু
নহাক্‌ ইমুংসিগি নিঙোল্‌ ওইরবনি, হৌনদে।

কুন্‌দো : চুম্‌মি ইনম্‌ম, নচন্‌ অমুক্‌ কপলরোই।
কাম্‌চা নচল্‌ অমুক চৎচরগে। (চৎখিব)

জোই : ফরে-ফরে চৎলোকো, নংসু অদুক্‌ কন্‌ব ৱাহৈদি, (বিনাদ)
মিচন্‌সিংসু য়াওরক্‌ই হাইবনি।

বিনা : মন্সিন মতিক্‌ চারবনি, ইমুংসি মখোইন পাল্‌লরোদন।
মপা ইবুংঙোবু, হক্‌চাংবু খরা নুংঙাইবিরব্রা?
ইসৈগদি নুংঙাইরি।

জোই : ফরে বিনা, ফরেকো, নুপিন য়ুম্‌ পান্‌বসিদি।

..............

# তরা সুব

## পান্ দুকান্দ কান্ত গারি মচাদ লাক্প

বিনা : কান্ত, সেল্ য়াওরক্লব্রা?

কান্ত : ইহে কাওরম্লেদন ঐদি।

বিনা : অদুক্ লুন সিন্নখ্রগ ইস্— ঐদি অমুক্ কনাদগি?

কান্ : নতৌ য়েংবনিদ, (নোক্লগ)
ইতৈমন হাইবদবু ঐন করিগুম্বদ সোইখ্রবগে?

বিনা : ইস্ কয়াদ ৱারুরব, কদাই মরুপ্তো থেংখ্রনি।

কান্ : লমবিদ মোহোরিদু থেংনরে অদুম্ পিরম্লবনি।

বিনা : ফরেদ, নৎত্রদি দুকান্ অমুক্ থাদোককদৌরিবনি।

কান্ : পুম্নমক্তু খংদুন সিল্লম্লবনি।
অদুবু নহাক্সে তৌবিমন্দি খংব ৱাৎলি।

বিনা : ঐবো?

কান্ : হোইনে কনাদনো, য়ানিংলিনিদ থমোইদদি?
নোংমতসু কৈনোমতদি চাসিকা হাইপোৎতে।
সিনদি কনাই থমোইন পেন্গনি।

বিনা : হৈমা অসুম্নগ হাইনে। (পুক্নিং খোন্ন নোক্প)

কান্ : ঐখোইদি নহানে খরা অরাম্ খৌরাংগল্লি।

বিনা : ফরে পুম্নমক্ত ঐন লাল্লবনি, নোংম চাথোক্তু ঙাইদন।

কান্ : চোনথরনুসি, এ, ইতৈম, থোইবিচা লাক্ইহে।

বিনা : অসিন অমুক্ করি হাইরগদৌরিব?

থোইবিচা : ইমা বাবাদো মসা য়াম্ন নুংঙাইতে হাই,
ঙসিদি দুকান্ খরা ঙন্ন লোল্সিল্লু হাইরক্ই।

বিনা : দুকান্দি লোল্লনি অদুবু তু কাকাসিগ বজারদগি
দুকান্গি অৱাৎপ পোৎ লৌরুগদৌরি।

থোইবি : ইমা হয়েং চৎলো।

বিনা : মদু য়ারোই, নুংথিল্ পোৎ য়োল্দ্রবদি কম্দৌনি।
য়েংঙোই, থোইবি ইমা হাইগে, নং ইস্কুল্ চৎলুরনু।
বাবাবু নংন চেক্সিন্ন সেন্নরম্মুকো।
ইমাসু ঙন্ন হল্লক্নব তৌগে।

থোই : ইমা। (চৎহন্নিংদব)

বিনা : মিন ঙসাইদগি ঙাংলিবসি মনাদ হাপ্তেনে,
মপাগি মচানি হাইবদ হেক্ মতিক্ চাইদ।
ঐন হোৎনরিবসি চরা হেন্দনবনিনে,
চৎলো নসক্তু য়েংনিংদে। (কপ্ন চৎখিব)

কান্ত : করিগি অদুম্ন ঙাংলিবনো অঙাংসি কপ্তুন চৎখ্রেনেসে।

বিনা : কপ্কে কপ্লসনু, ময়াম্সি হোৎনবদ
ইসাসি ইরু–ইয়াং তেক্লবনি। থোং লোন্সিল্লসি চৎলুনব

কান্ : য়ারেনে চৎলসি। (গারি মচা থৌখিব)
ইতৈম ইমান্নব অমগিদ ঙহাক্ চংলুখিসি য়াগদ্রা?

বিনা : য়াই, অদুবু কুইগুম্সিকো।

কান্ : কুইরোইদ ইতৈম। (গারি মুথৎলগ চংমিন্নরক্ই)
ইতৈম চৌক্রিদুদ ফম্বিয়ু,
করিসু হংগোইবিরুগনু মরুপ্কি কানি।

বিনা : নে হেক্ তাইদ, নুংসাসিদ লম্বিসিন ফৎতবনে।

কান্ : অইংব থক্সি ঐ লৌথোক্লুখিগে। (চংখিব)
(মতোম্ত) ঙসিদি খুদোংচাব লৌরগে. গুলিসি তক্খাইদুন
হাপ্চিল্লগে। (গ্লাস্ অনি পুথোরক্ই) সে– পাইরো।

বিনা : (থক্প) ইস্ – হক্চাংসি খংইং ইংঙিদ। (লেপ্কক্ তৌই)
কান্ত হকচাংসি কৈনোম্ম তৌইনে নংগিসিবু?

কান্ : করিসু তৌরিরোইদ, ৱাখল্ন ওইরিনি।

বিনা : খংদেনে হক্চাংসি খোইরাংই তয়াং তসোই ইখৌলাংঙক্ই।
কান্ত, সিদ লাওনে, ইতৈমন নংবুসু নুংসিরিবনি।

কান্ : ইতৈমগি ৱাতাসিদি, য়ানিয়ে ফমুংসিদ ঙহাক্ পোথাবিয়ু।

বিনা : য়াইনে, নহাক্ ইতৈমবু সেন্নৌকো নুপিনি চিংনদব ঙম্দে।

...............

# তরামথোই সুব

## সক্খি কৈথেল্ হল্লক্ই মচাগি তুম্ফম্ কাদ চংলক্ই

জোইকুমার : ইমা হন্বিরক্লে?

সক্খি : উম্ ইমা হল্লক্এ।

জোই : ঙসিদি ঙন্ন হল্লক্ই, বজারবু ইরাং থোক্প্র?

সক্খি : উম্ ইরাং থোক্তন, সে গুলিনি ঙরাংসু চাদ্রবদাই।

জোই : ইমাদি ইরাং মরক্তুদ করম্ন গুলিসিদি?

সক্খি : ৰারিদু কোনন লিরগে, গুলিদু হান্ন চাথোক্খো।

জোই : (চাব) কম্দৌব ৰারিদো তারসি ইমা।

সক্ : অচুম্ব খংদে, মাগি মাগি থোক্প পংহাইদ হাইনৈ।

জোই : অসোক্-অপনদি?

সক্ : চেন্নবদ খরা অদুক্ নৎতন, অতৈদি য়াওদে।

জোই : পোৎ-চৈদি মাংনরিগনি।

সক্ : উম্, অদুবু ইমাদি চেন্দ্রে, তোইমল্লদন,
ইমাগিদি পোৎসু মাংহৌদ্রে, এ, ইসু থোইবিসু হললক্লে।

থোইবিচা : মবোক্ ঐ অচাপোৎতি?

সক্ : ঙসিদি বজার ইরাং থোক্তুন লৈরক্ত্রেনে।
হোরেন্ নুমিদাং লৈরক্অগে।

থোই : হোই মবোক্।

সক্ : পোৎ য়োন্ব নুংঙাইররোই থন্দুন অদুম্ হল্লক্অবনি।

থোই : মবোক্ ৰা অমা হংগেন?

সক্ : হংঙু হংঙু, ইসুগি পাউখুম্ মবোক্ন খুমগনি।

জোই : হংলোদন থোইবি।

থোই : ঙরাংনে ইস্কুল্ হাপ্ত ইমান্নবি রানিনে ইচল্ননে হাইরিব।

সক্ : ইসুদ করি হাইরিব?

থোই : 'থোইবিচা,থোইবিচা, নখোইদি বাবা অনি সুই হাইঙো'। (মিউজিক)
অদুদনে সার সোভাচন্দ্রন মখোইবু চৈরিব।

সক্খি : মখোই লম্হেন্ব অঙাং ঙাক্তনি, ওইদব ঙাংলিবনি।
অদুগুম্ব ৱাদু তারুগনু থাজরুগনু।
জোইকুমারঃ থোইবি মাংগোল্দ লাইরিক্ ঔরাইরুরো চৎলো।
থোই : ঔ বাবা, ঐদি লম্হেন্দেকো। (চৎখিব)
সক্ : ইমাসু ৱাফম্সি তারবনি, ইচাদদি ইমান পন্নিংদবনি।
অদুবু ঙসিদি য়ারক্তব মতাং হাইবদু থোক্লে।
অদুন ইমা–ইচা তান্নব চুম্লগনি।
জোই : ইমা।
সক্ : ৱাফম্সি লুরবনি। মসিগি ৱারিসিন লৈরক্ খুল্লক্ নিনখ্রবনি
ইমাসু করিনো হাইফম্ তৌফম্ খংদ্রে।
জোই : ৱারিসি চুম্বসু য়াই, মরম্ কয়াসু লৈরিবনি।
মিমান্নদ্র ঐগি মপোক্সে থৌনা হাইবদু মরাই–চাইরবনি।
সক্ : মপোক্পু নিন্দা তৌদুন পুম্নমক্ পেল্থোক্লগ
লিক্লি মচেৎ নেৎলুব, মদুই সিন্থরক্প অঙাংব ই
মদু য়েংদুন লৈব. নহাক্ ঙম্লোইনে ইবুংঙো।
জোই : ইমাগি ৱাফম্ খুদিংমক্ অচুম্ব ঙাক্তনি,
অদুবু করিনো ঐন হৌজিক্ তৌগদব অসিবু?
ৱাফম্সিন মঙোন্দ ঈরুনিংবগ থোংগ্রা তেক্পগ থোক্লুরো।
ইচা অসিগি খন্বদ, ঐ কয়া অমসু খাংলকলবনি।
সক্ : নংগি ৱাফম্দু অচুম্ব ঙাক্তনি
অদুবু থেম নৌদুন য়েংসি, নুপিনি হেক্ গ্যান্ তারক্লবসু।
জোই : মদুসু চাংয়েং অমনি ইমা,
অদুবু মা–ঐগি য়ুম্বান্ মরিদি ময়াই চম্লবনি।
মাদি নহানি ঐন ময়োল্ কংলব পামেল্গি মসক্নি।
অদুবু মহাক্ মৈরাম্বিন মৈরিদ চোংসিন্জদুন সিজবগুম্
নোংমদি উফুল্ লম্বিদ থৌরি–থু মিমাংদ চিংলখিনি।
সক্ : ঙাইখো ইমৌসু হল্লক্লমাল্লে। (সক্খি থোক্খিব)

# তরানিথোই সুব

## ইমুংদ মনি-মমৌ ব্বা তান্নৈ

সকখি : ইবেম, ইমা ব্বা হাইগে নহাক্ পুক্নিং চংঙু।

বিনা : তাক্পিয়ু ইমা।

সক্ : ইমাগিসে লুখ্রব ব্বানি, কিদুন লোৎসিন্বদি চুম্লোইদব।

বিনা : ইমাগিসে গ্যান্ তাব ঙম্দ্রে।

সক্ : ইমাগিসে নংবু চিংনবৈ ব্বা নৎতে।
তৌরম্লবসু নহাগি পুক্নিংনি,
মসিদি য়াম্ চাওখ্রব পাপ্কি মসক্নি।

বিনা : ইমা লাইথোক্ন তাক্পিয়ু।

সক্ : মিন হাইনরিব ব্বাফম্সিনি ইবেম।

বিনা : থাজব্রনে ঐবু ইমান, থাজরবসু অহেন্ব ব্বাফমনি।

সক্ : থাজরগবু ইমান নঙোন্দ হংখিগদ্রনে ইবেম।
ইচানি ইমৌনি,ইমুংগি ইজৎকি ব্বাফম্নি, মখোইন হেকতমক্,
অসেংব খংলবদি, পুম্নমক্ মাইয়োক্নগদৌরিবনি।

বিনা : চুম্মি ইমা, কান্ত কৌব পাখং অমগদি ঐ
বজারদৈ দুকান্গি অব্বাৎ-অপা অদুক্ লৌমিন্নরুই।
অমুক্সু সেল্ পুরুবৈ ক্বা মতপ্ অমা অদুক্ পিজখিব য়াওই।
নোং -ফাদোকসু নোক্-নোক্তুন ব্বারি সারুব নৎতনদি
অহেন্ব মরি করিসু লৈখিব লৈতে।
মসিবু পাপ্কি লম্বি ওইন উবিরগদি কম্দৌন
সোৎথরব মিমান্নব ঙম্দ্রব ঐখোইন হিংলুব ঙম্গনি।

সক্ : চুম্মি মদুসু মিওইবগি লোন্চৎনি অদুবু
মিয়াম্গি মিয়েংদি চাওবনি, চেক্সিন্ব অমদি চংলি।
মতেংদৈ ফৎতব মরি পোক্লক্পসু কনান খংগনি।
মিওইবৈ থমোইদি উন্সান কুপ্পনি।

বিনা : চুম্মি ইমান তাক্পিরিব, অদুবু
ব্রাখল্ন মিওইবে পুনসিবু লৈখা তাহন্খিব য়াওখিদব নৎতে।

সক্খি : ইমাগিসি তানরিবনি করিন ফৈ হাইবদু।
ময়াম্ খংমিন্নরবদি ইমুংসিগিত নৎতন
মিয়াম্ সমাজসিগি য়াইফব ওইগদৌরিবনি।

বিনা : চুম্মি ইমা, ইমাখোইন পুম্নমক্ তাক্পিদন
মচা মমৌসিংন করম্ন খোংগুল্ তাব ঙম্গনি,
অদুবু ইমা থবক্ অমা পাংথোক্লবদি অমাংব খরা লৈগনি।
নুপিন য়ুম্ পুব মপাল্ থোক্লব মিৎয়েং চাওব মহৌসানি।
অদুবু হিংদবদি য়াদে, করিনো উপাই থিদুন,
মসিদ ইজৎ ঙাক্ য়েংলবদি হিংব ঙম্লোইদৌরিবনি।

সক্ : ইবেম, নংগি ব্রাসি য়াম্ন মহু-ময়াই ব্রাংলি।
চেং-চগ্রিং অমন চেংকোক্ অমা মাংথোকই হাইবদুনি।
ইসান ইসাবু মসক্ খংজব অদুগ খোং থাংগদবনি।
ফরে হমাসু কৈথেল্গি পোৎ লাংলুখিগে। (চৎখিব)

বিনা : (মতোম্ত) ঐতগি ইরাল্ল মসিবু,
কাম্চাগি চাওরব মরাল অমদি লৈরিবনি।
নহা ওইরিবিনি ঐ, করিগুম্ব মতম্দসু পুকনিংবু
লাক্সিন্জব ঙম্লক্তব য়াওদব নৎতে।

...............

## তরাহুম্দোই সুব

### পান্ দুকান্দ কান্ত লাক্প

কান্ত : ক্বা পিরো।

বিনা : ও— লাক্তি লাক্লিদন।

কান্ : করিনো অমুক্ সাওরবো?

বিনা : কনানবু নুমিৎ হুম্নিসে কনাগিদ অমুক্
নুপিনি মৌনি খল্লব্রা থমোইসি ব্রাজৈ।

কান্ : ঐসে নুংদি নুংসিবিরিবোইদকো।

বিনা : ঙসিনে কারন্ তৌরক্কনুকো। (সাওন)

কান্ত : সাওরনোব, ফাগি তৌবনি ইবেম। (পওজ)
ঐ হক্চাং ঙম্লক্তদুন ননাক্ত লাক্খিদবনি।

বিনা : করি ওইন তৌরক্ইনো?

কান্ : ক্বাদো হানন পিরক্খো অদুগ হাইরগে।

বিনা : সে—, চারো।

কান্ : (উম্সিল্লগ) করিনো খংদে হক্চাংসে য়াম্ ৱাই।
স্বর হোন্বদসু, মিৎনহাসু পিক্সিন্বগুম্ উই।
সম্সু য়াম্ কেল্লি,হক্চাংগি ইলাস্তিসিতি মাংসিল্লবগুম্ তৌই।
ঐ র্করি করিনো জাৎ-জাৎ য়াম্ চিংনরবনি।

বিনা : করি খল্লিব, চুম্ন সুম্ তৌরি ওইরিনি।

কান্ : লায়েংব ঙমদ্রিব এদস্ কাদু ওইরিগদ্র অসিনি।

বিনা : হা! ইস্—, হাইহৈদব ৱানি।
মদুবু হেক্তমক্ ওইথোকপ য়াব্রনে?
অদো নহাক নৎতব সংগ তৌখিব লৈব্র হাহয়ু।

কান : খংদ্রে ঐ নুপি নহা খরগদি সমনরুরে।

বিনা : ফরে পংখল খললুরগনু ঈ তেস্ তৌথোক্লগ খংগনি।
অমুক্সু ঐঙোনদদি হক্চাং নুংঙাইতব করিসু লৈতে।

কান : নঙোনদদি করিসু তৌদে নৎত্রা?

বিনা : উম্।

কান : অতোপ্প অমন ঐ নুপি দরকার লৈরে, ঙম্লক্ত্রবসিদ।
সেবাগি মথৌ য়াম্ দরকার ওইরে।

বিনা : মতম খরা য়েংখিসি, কাম্চা লৈরিঙৈসিদদি নুংঙাইতে।

কান : চুম্মি য়াম্ন। অদুবু মতাংসিন উপাই অমদি য়েংসি।

বিনা : তৌবগিদি য়ারবনি, ইমুংসে মরি য়াম্ ফৎত্রবনি।
ইমানি হাইদন হর্নাব অদুন ময়োল্ অমা, হৈনদ্রবনি।

কান্ : করি হাইরিব?

বিনা : করি ওইনি, ইমাসু কাকাম্চাসু লোইন খংখ্রে।

কান্ত : চুম্লিব ৱাফম্নি,
কাম্চাদ ঐখোই পাপ্ অমদি লংসিল্লবনি।
খল্থরুবদ থমোই অসে অকিব পোক্লি।

বিনা : মিদি লাইরি, লাই ফাওব পাপ্কি থবক্ তৌরিবনি।
মসিদি ময়ানি, মতম্সিদ পাপ্ পুইন্য করিনো?
হিংলিঙে থৱাই হক্চাং য়াওন নুংঙাইথোক্প অসি ঙাইদ।

কান্ : হোইদ সিরগ লোইর মপোক্নি,
মোংফম্দে হৌগৎতুন কৈদ ফৌ পেক্লব য়াখিগদ্রনে।

বিনা : অৱাবন ময়ুং ওইরিব পুন্সিনি
অৱাবতবু খন্দুন করম্ন হিংব ঙম্লুগনি।

কান্ : ফরে ঐগি ঐগিন লুই হাইবদুনি, ইসাগি তৌসি।

বিনা : উপাই হাইববু মসি মঙাইরে।
কাম্চাদি অসিববু মতম ঙাইদুন হিংলিবনি।
থমোইগি লাইনা ওইবন করিগুমবদসু হেক্ত লোইগদৌরিবনি
মাগিদমক্ নহা ওইরিবি পুন্সিসে মাংহনখিবদি
নৌরিব দিহেসিগিদমক্ পাম্মুদব ঙম্দে।

কান্ : ফরে থোক্অব লাক্অনি, চৎনব তৌর্সি।

...............

# তরামরি সুব

জোইগি য়ুম্ কুন্দোরৈ লাক্পদ থোইবিচা কপ্ন চংসিল্লক্ই

কুন্দোরৈ : থোইবি কৈদৌরে কপ্লবদি? হাইয়ুনে নেনেদ।

থোইবিচা : নেনে ঐখোই মমাদো নুপা অমদ চেনখ্রে হাই।
নেনে ঐখোই মমাদো। (কপ্ন)

কুন্দো : সে কপ্লগনু নেনে লৈরিবসিদি।
নেনে পি তৈথোক্কে সে কপ্লগনু।

থোইবি : নেনে মমাদো য়াম্ ফৎতে।

কুন্‌দোরৈ : মমাদো নেনেন কৌরুগনি
অদো বাবাদি খংখ্রব থোইবি?

থোইবিচা : উম্‌, বাবা খংখ্রবনি, বাবাদিনে মমা চেন্‌খিবদ
করিসু কপ্‌তে, নুংসিদ্র খংদে।

কুন্‌দো : থোইবি নেনে ৱা হাইগে
নংনে বাবাগি মাংদ কপ্‌প য়াদেকো,
বাবাদি নারিবনিন ৱাখল্‌ নুংঙাইখিরোই।
থোইবি, নেনে বাবাগি নাক্‌ত চংলুখিগেকো। (চংখিব)

থোই : ঔ নেনে।

জোই : কুন্‌দো নং লাক্‌ইব্র?

কুন্‌দো : হোই, কাম্‌চা নচল্‌ লাক্‌চরি।

জোই : নং ননম্‌মগি পাও তারব্র?

কুন্‌দো : তারে কাম্‌চা।

জোই : মহাক্‌ মনিং তম্‌জখিবন ফরেদ
মিমান্‌নদ্রব ঐন মহাকপু ফাজিন্‌ পুন্‌সিল্‌লুবসি
ঐগি গ্যান্‌ লৈতব মতৌনি।
ইচা থোইবিগি খন্‌থরুবদ য়াম্‌ন ৱাই। অদুবু
করিদি উপাই লৈরি,
ইমাইসিদ ফৎতব হৈজিল্‌লম্‌লগ চৎখ্রেদন।

কুন্‌দো : কাম্‌চা ইচা থোইগিদি থোইন ৱাবিরুগনু
নচন্‌ ঐখোই খ্বাইসু লৈজরিবসিনি।

জোই : কুন্‌দো, ইচন্‌গি তৌবিমল্‌দি লাইবক্‌ থির নবুংন
মপোক্‌ অসিদ সিংব ঙম্‌লরোই।
মপোক্‌ অমদ নংগি লমল্‌ সিংব ঙম্‌ব ওইজরগে।

কুন্‌দো : করিগি লমন্‌নো, অদুম্‌ন থমোই সোন্‌থবিগনু।
পুন্‌সিদি তম্‌ব ঙমদব মপোক্‌নি।

জোইকুমারঃ (ৱান) কুন্দো পোথারসি।
নবুং স্বর হোন্‌বসে ৱাসিল্‌লক্‌পগুম্ তৌই।
ঙরাংসু ঐসে মং-হা য়াম্‌ন নুংঙাইরম্‌দে।
ইমাদুবু হল্‌লক্‌লবদি নুংঙাইখ্রনিদ।

কুন্দোরৈ ঃ তপ্‌ন পোথাবিয়ু কাম্‌চা, অবোক্‌সু হল্‌লক্‌লনিদ।

জোই ঃ (স্বর সাংন) কুন্দো ইসিং খজিক্‌ত থক্‌কেব।

কুন্দোরৈ ঃ হোই লৌজরুখিগে। (লেপ্‌কক্ তৌব)
সিদ লৈরে কাম্‌চা। (ইসিং পিব)

জোই ঃ (ৱান) খুৎসে হাইগৎপ ঙম্‌দ্রেনে,
থোইবিদুন ............।

কুন্ ঃ থোইবি তারবো, বাবাই নাক্‌ত চংলক্‌উনে নংবো,
কাম্‌চা নচন্ ইসিং ইন্‌জরক্‌কে।
সে- চিন্ খজিক্‌ত কাখৎপিয়ু, খজিক্‌তগ ও য়ারে। (ইসিং ইনব)

জোই ঃ ও— কুন্দো-রৈ ----। (লেক্‌থখিব)

কুন্ ঃ (কপ্‌ন) কাম্‌চা—! করিনো তৌরিসিবো—। (কপ্‌প)

থোইবিচা ঃ নেনে, বাবা কৈদৌরগে, হা নেনে?

কুন্ ঃ থোইবি বাবাসে ....। (কপ্‌ন)

থোই ঃ নেনে! (কপ্‌ন)

কুন্ ঃ ঐখোই খ্বাইবু থাদোক্‌লম্‌লগ লাইরম্‌লেন্ পাংখ্রেনে।

থোই ঃ বাবা --- বাবা। (মপাবু কোল্‌দুন ও-খোংন কপ্‌তুন লৈ)

কুন ঃ (অদুম্ কপ্‌ন) কাম্‌চা নংন তৌরিব মতৌ অসিবু করিনো
হা - হাইয়ুনে নচন্‌দ মসিবু করি মতৌনো। (তেংথাব)

সক্‌খি ঃ (পাখৎন) করি তৌরবনো!
ইমুংদ কপ্‌নরিবসিন (চংলক্‌ই)

থোই ঃ (মবোক্ উবদ চেন্‌সিন্‌দুন) মবোক্—!
বাবা --- বাবা ----,
মবোক্ বাবাসে। (খোল্‌সিন)

সক্‌খি : করি ইচাবু! (কপ্‌তুন)
ইমাগি ইবুঙো---, ইমাদি মাংজরেদন।
পুন্‌সিসিদ নুংঙাইব হাইবদু ফংজখিদ্রব ইচানিনে।
ইমাগি জোই, নং ইমাবু থাদোক্‌তুন চৎলবকো,
ইমাদি কনাবু য়েংদুন লৈহৌরসিগেনে ইমাগি ইবুংঙো।

কুন্‌ : কাম্‌চা ঙসিদি লোইরে,
ঐখোই পুম্‌নমক্‌ন তৌগদৌরিবসিবু করিনো?

থোইবিচা : বাবা------। (কপ্‌প)

সক্‌খি : মতৌসিবু করিনোনে, হা ইস্বোর নহাক্‌ হাইয়ু।
মতৌ অসিবু য়েংবদ নুংঙাইরিব্রনে হা ইস্বোর।

থোই : বাবা--- বাবা---। (ঙাওন কপ্‌প)

-----লোইরব-----

# তুরেল্

## য়াওরিবসিং ঃ-

১। প্রেম্চান্
২। রাধিকা
৩। প্রিয়া
৪। লোখোন্
৫। জোইচান্
৬। বাসুদেবন্
৭। বিস্বাম্ভোর্
৮। সুচিত্রা
৯। সিদারথ
১০। মধুমতি

# অহান্‌ব

অহিংসি নোং থাক্‌ লাওন ফুদিৎ ফুন চুরি।
ফমুংদৈ হৌগৎতুন মিংসেল্‌ থাওমৈদু লৈখৎলি

রাধিকা :- হা ইস্বোর নোংসি হাংহন্‌বিরোগব।
তোরবান্‌ ইংখোল্‌ ঙম্‌ন নিংখাইখ্রবদি লাইর ইমুংসিনা
করম্‌ হিংনি। (মচাই তুম্‌ফমদ লাক্‌ই)
ইবুংঙো, প্রেম্‌চান্‌ তারব্র? হৌগৎলু নোংসি মওংমনি।

প্রেম্‌চান্‌ :- ইমা কৈদৌরব্র? (তুম্‌ হৌগৎলক্‌প)

রা :- হৌগৎলু তোরবান্‌ য়েংলুসি,
পলিদু নিংখাইব য়াওখ্রবদি ইমুংদ ইসিং চংলক্‌কনি।

প্রেম :- উম্‌, ফুরিৎ অথাব অমা লিৎশিন্‌খিগে। (মওং)

রা :- সে— সাতিন্‌, ইমান য়েম্‌পাক্‌সি তৃপ্‌লগে।
নংগি মৈ অকাপ্‌পিদু পাইরক্‌উ।

প্রেম :- হোই চৎসি ইমা (তোরবানদ লাক্‌ই)

রা :- মৈ কাপপু, ইসিংসু হেন্‌গৎলৈ মান্‌নে (লৈরাই নিংখাইখিব)

প্রেম :- লৈরাই নিংখাইখ্রে ইমা (নুংঙাইতন)

রা :- মনিংলোম্‌দসু য়েংঙউ. পলি য়াওখিব্র?

প্রেম্‌ :- পলিদি য়াওদ্রিমান্‌নে। (নোং খরা হাংলক্‌প)

রা :- করে চৎলসি, উপাই লৈতে ইমা-ইচাগী।

প্রেম :- লাক্‌ও ইমা। (চংমিন্‌নরকই)

রা :- (লৈমাইদ ফম্‌মি) লৈবাক্‌ অসিগি সরকারসিসু সেম্‌লনিত হাই।

প্রেম্‌ :- মখোইসু কোক চিক্‌লিবনি।
সেল্‌-থুম্‌গি ফিবম্‌ ফৎচিল্‌লক্‌তব.
লালহৌবৈ. কাংলুপ্‌কি ইরাং অতৈ কয়াসুনি থেংনরিব।

রা :- অরাইবনি খন্‌দুন, লাইরব ইমা-ইচাদি সিখিব তারেনে।
তোরবান্‌ লম্‌ মচেৎ অসিমতং কোইদুনা হিংজরিবনি ব্রান।
নিংখাইবদ ঙম্‌ন য়াওখ্রবদি করিনো তৌগদবসিবু।

প্রেম্‌ :- থোংসি হেক্‌ সারবদি পুম্‌নমক্‌ ফরদৌবনি।

রাধিকা ঃ- অৱাংগি বাসুন্থরন্ সাগনিত হাই, থবক্তি উদে।

প্রেম্চান্ ঃ- মখোইন ঙম্পোৎতেদ, সেল্জাও পাইব সংগগি থবক্নি।

রা ঃ- পুম্নমক্ ঐখোইগি অসোক্প ঙাক্তনি।

প্রেম্ ঃ- ঙাইখো ইমা, কনানো লাওরিবসিন?

লোখোন্ ঃ- (য়ু ঙাওন) নুংঙাইরে, অমা অমুক্ লৈত্রে।
নোংও চুথরো, তুরেল্ মপান্ নিংখাইরো
অরেম্ব পাম্ব সোক্হল্লো।

প্রেম্ ঃ- ঙসিনে ই কারক্ইকো।

রা ঃ- সাওখিনু ইবুংঙো, মৈতে খুল্লক্নি।
কনান ইমা ইচাগি পাম্বোম্ তিংবিনি।

প্রেম্ ঃ- মমাং ইচাওদ তাওখিদুন মাংলগদব থোংগি উপাক্সিং ঐখোইনা
লৌসিল্লুবগি মলোম্দ পেন্দুন লাওরিমিনে মাইসে।

রা ঃ- ইমাখোইনদি অসুমন খললুদব মাংখিদৌ সরুক্ হাইদুন

প্রেম্ ঃ- পাবুংখোইদুসু তোরবাল্সিদ নংত্রবদি লৈফম্ লৈতবদৌন

রা ঃ- হাই, মদু হাইব য়াব নংতে, নবুধৌগি হাক্তকত লৈক'ই পুনব
থা-ৱাংগি লৈকাইন ধরমাপুরদগি নবুধৌবু কৌদুন মফমসিদ লৈখিবনি

প্রেম্ ঃ- বামোন্ক ওইনিংলক্ত্রেকো।
নচাখোইদি নহানি, মিখা পোনন হিংবসে থাংব ৱাই।

রা ঃ- অদুম্ন হাইনুনে, উ-ৱাগি মখা থাবতবু পৎপনি।

প্রেম্ ঃ- থমোইগি ইথিন্ মাদি মনিংতম্বনি।
অদুবু কদাইনো, মসিবু করমব পুন্সিনো?

রা ঃ- মপোক্পু নিন্দ তৌব হৌনদে।
মসি তাইবং মপুগি লিলানি ইবুংঙো।

প্রেম্ ঃ- মাসু ঙসিদি মিচং মিখাই নাইরে, সেল্ চারব্র কৈনো

রা ঃ- নংবু অদুম্ন হাইগনুনে ইবুংঙো,
ঙহান্ মপোক্ত ঐ-ঐন তৌরকপ মহৈগি ফল্নিনে।

প্রেম্ ঃ- ওন্থোক্প ৱানি, হয়েংগি ফাওব খংদ্রিব ঐখোইনবু,
মমাংগি মপোক্ অদুগি ৱাবু নিংসিংলুরি।

রাধি ঃ- ফরে-ফরে, সে পোথানব তৌরসি।

# অনিসুব

অয়ুক্ নোং হাংখ্রে। ইসিংন নিংখাইহল্লব তোরবল্
ইংখোন্দু প্রেম্চান্ন অয়াব খরা সেম্জিল্লি

প্রেম্চান্ ঃ- চাম্ম পিব কোবি মরুনি, ৱান হোৎনরক্খিব চারনি।
ঙসিদি ঙম্ন ইসিংন পুখ্রেদন। (মতোম্ত ঙাংব)

প্রিয়া ঃ- ৱাজরুবে মহে ফংলরোইয়ে। (প্রিয়া লাক্ই)
করম্ন অৱাবসি কোককনি খন্বন চুম্গনি।

প্রেম্ ঃ- মিন সাওরিঙেসিদ, নঙোন্দ তাইনরক্নিকো।

প্রিয়া ঃ- নংগিদমক্তি খাংজগে ঙম্ন।

প্রেম ঃ- হিংনবে লমবি উসিন্লক্ত্রে। আসা মাংলে প্রিয়া।

প্রিয়া ঃ- থোংবুদি সারনি হাইবনি. অদোইদি সাফরনিদ।

প্রেম্ ঃ- খবরগি পাউর. নৎত্রগ অতৈগি?

প্রিয়া ঃ- মদুগি ৱা নৎতে।
ধিকাদার সিন্খ্রবনি. ললিপুরগি বাসুদেবন্ মমিং তারেদন।

প্রেম ঃ- উম্ ফরনি. খবর তৎতন তোংবদুগি খুৎত অমুক্ তারব।

প্রিয়া ঃ- ৱাফম্সি তোক্লসি. ইমাবু কৈথেল চৎখ্রব্রো?

প্রেম্ ঃ- উম্, ঙহাক্ ওইখ্রে।

প্রিয়া ঃ- য়ুম্ পান্বদি য়ারক্লব মতম্নি।

প্রেম্ ঃ- য়ারিদ চহি কুন্মঙাত সুরি কৈনো?

প্রিয়া ঃ- থেংলগদি মাংজব হাইব অমসু লৈরি।

প্রেম্ ঃ- মদুন চাক্কি মহুৎ-সিন্ব য়ারোইদব ৱানি।

প্রিয়া ঃ- অমগি কোক্থোং অনিন পুমিন্নরবদি য়াংলেদন।

প্রেম্ ঃ- নংগ ঙাংনদৌসিদি।

প্রিয়া ঃ- করিগিনো অদুম্ন খল্লিবো।

প্রেম্ ঃ- পুম্নমক্সিগি মথক্ত চাওরব পল্ অমসু লৈরি

প্রিয়া ঃ- বামোন্ মৈতৈ সিঙাক্তনি।
হৌজিক্কি মতম্সিদদি খরগি মখৈদি হোংলবনি।

প্রেম্ ঃ- মদু ইমুং-ইমুংন পুবনি।

প্রিয়া ঃ- মদুন ঐগি নুংসিব ময়াই চম্হন্ব কৈদৌনুংদ ঙম্লোই।
প্রেম্ ঃ- প্রিয়া, পুক্নিংগ বিথিগ খেন্নব লৈবনি।
প্রিয়া ঃ- করিনো নহাক্ন পাম্লিব,হাইয়ু।
ঐবু করিগুম্বদসু কাওথোক্প ঙম্লদরা?
প্রেম্ ঃ- ঙসিদি চিংনবন থমোই অসি পিক্ থল্লে।
কাইনখ্রবসু থমোইদ চুখ্রব নংগি নুংসিবদি কোক্লরোই।
প্রিয়া ঃ- পাংদব মদু ঐদি য়াদে, চৎলে। (সাওন চৎখিব)
ঐদি নংগ কাইনরব সিগনি খংঙু। (লাওরম্ব চেন্খিব)
প্রেম্ ঃ- (হৌগৎতুন) প্রিয়া ঙাইখো নং ঙাইখোনে।
ও ওন্থোক্পনি মহাক্ ৱারৌদুন চৎখ্রে।
ঐ মাবুদি থমোই সেংন নুংসিবনি।
(খুংগং লমবিনি সাওন প্রিয়ান চেল্লক্প
সিদারথন উই। ঙাংসিল্লব মাইথোং মপুং ফারবি
হক্চাংদুন চেল্লক্পগি মতৌদুদ সিদারথন ঙাওখ্রে)
সিদারথ ঃ- বা অসুম্ন অমুক্তসু উখিদ্রি!
মিকুপ্সিন পুমনমক্তগি হেন্ন ময়াই কাহললে।
ইচেপি—। (কল্লক্ন কৌই) খুম্লক্তে।
ইচেপি—, অমুক্ত ঙাইবিখো, করিনো অমত হাইগে।
প্রিয়া ঃ- করিনো? (সাওব খরা হললি)
সিদা ঃ- চেপি ঐবুদি সাওফম্ থোক্প্রনে।
ঐদি অদোম্বু নুংসিজব মিসক্ অমনি।
প্রিয়া ঃ- হে অঙাং, নচিন হেন্গনু।
ঐসে লৈকাইগি নথক্ থোংব নচেনি।
সিদা ঃ- সাওবিখিনু নুংসিববু পাপ্কুম্ লৌরবদি মালেম্সি মাংলনি।
প্রিয়া ঃ- অঙাং নং, নপাদ তাক্কনি খংউ।
ঙসিগিদি অঙাংনি ফরে, চৎখ্রো চৎলু। (প্রিয়া চৎখিব)
সিদা ঃ- অদুম্মদি খরা হেল্মল্লি। পুম্নমক্ নুংসিবন।
করিগুম্ব মিন সা ওল্লক্প,সাদগি হেন্ন তম্থিবনি।
মসিমক্তি খ্বাই-পুম্নমক্কি লাইবক্ থিবনি। (য়েংহৌব) 

# অহুম্সুব

নুম্বিদাং জোইচানগি ইমুং কাদ জোইনে, লোখোন্নে, বাসুদেবন্নে
তেবল্বু কোইসিন্দুন চৌক্রি অহুম্দ ফম্গনি
থোং সাবগি অরোন্ব ৰা তানব।

লোখোন্ ঃ- ওজা থিকাদার, তাবিয়ুদো।

বাসুদেবন্ ঃ- তাক্পিয়ু।

লো ঃ- ওজান সাবিগদব থোংগি মেপ্নচিংবসি,
সম্ন হাইজরবদ ঐখোই অৰাং-থংব তোরবান্সি সোকতনব,
হান্নগি অসাংব ফুত্ য়াংখৈনি, হন্তক্ন হুম্ফুতরামঙা অসি
হেন্গৎলকইব ফুত্সিংসি মখা লৈকাই বামোন্ তোরবান্লোম্দ
ইন্থোক্কদবনি, অদুন এসোনচিংব তানবিয়ু।

জোইচান্ ঃ- মান্নি ওজা, থোংমাং তোরবান্সি ঐগি লম্নি।
মনিংসিন তাদ দেব্নরান্গিনি, হেক্ থংনব অসিন
তাদ লোখোন্গি। ঐখোইগি অপাম্বসি পাংথোক্কদবনি।
মনা ওইন লুপা লিসিং মঙা পিজগনি।

বাসু ঃ- অদদ তরেল্ চুমথোক্নব প্রোজেক্কি মেপ্ অমসু লাক্খিনি।

লো ঃ- মদু করিসু নৎতে, সাজিনখ্রগ লোইরে।
প্রোজেক্কি ৰাফমদু ঐখোই সিন্জগে, মসি অনৌব নৎতে।

জোই ঃ- মঙানি, সি পাইসিনবিরো। (তেবল্দ থম্ই)

বাসুদেবন্ ঃ- (নাসোন্নন) সেল্সু পাম্ই। হোইদ মতাং মতাংগি থেংনব হাইবদুনি
লৈবাক্সিদ ঐতন অহান্ব হৌদোক্পর।

লো ঃ- করি তৌবিরবগে?

বাসু ঃ- নৎতে চুম্ন ৰাখল্ অমখক্।

লো ঃ- সেল্দু পাইসিন্বিরো, মি পোং হেক্ লাক্লসু।

বাসু ঃ- ফরে। (ফুরিৎখাওদ হাপ্চিল্লি)

জোই ঃ- লৈবাক্সিগি য়াইতোং-ফম্তোংব কয়াসু ঐখোইগি লৈরি।
মাই পাককনি সোইদন, কেন্দ্রগি মিহুৎসু ঐখোই দোল্নি।
অমুক্সু মন্ত্রি ফম্ ফংলিব। ৰানিংঙাই ওইদে।

বাসু ঃ- ফরে, ঐসু থেংখ্রনি নুমিদাংনি চৎলগে।

লোখোন্ :- ফরেনে, অসাই ফাওবদং থিন্দোক্চগে। (থোক্খিব)
বাসুদেবন্ :- অদুদি ঐ অমুক্ য়ৌখ্রগে। (গারি মচা থৌখিব)
জোইচান্ :- চংলসি তাদ,
লো :- লাক্ও লাক্ও, (চৎমিন্নরক্প)
হৌজিক্তি হিন্দু লাইনিংসু খরদি হন্থরক্লে।
মসি মতম্গি অহোংবনি, কনাসু থিংলুব ঙম্লোই।
লৈফম্ লৈতদুন চৎখ্রবসু য়ারেদ।
জোই :- ঐখোইগি থবকসে চেক্সিন্ব য়াম্ন ফৈ।
মরম্ হাইববু অহন্-লমন্সিংনদি বামোন্বু নুংসিবনি।
মমাংঙৈ লৈকাই পুনব কৌরুদুন থম্খিবনি হাইরিদুনি।
লো :- লৌসিং লৈন তৌদু ঙাইদ।
জোই :- অদুদি তাদ ননাও অমুক্ লৈজহৌরগে।
লো :- ফরে ফরে, ঐসু চৎলে। (চৎখিব)
জোই :- ইতৈম ইতৈম। (কৌব)
মধুমতি :- ইবুংঙো করি লৈরে, ইতৈম কৌবদি? (থোক্লকপ)
জোইচান্ :- চুম্ন থেংলে তুমনরব্রা হাইদুন হংবনি
মধু :- হোই হোই। (মধুমতি চংখ্রে, জোইসু য়ুম্দ চংখ্রে)
ইমাগি ব্রাসি মুনন খন্থগদবনি। (প্রিয়াদ চংসিন্দুন হাইব)
প্রিয়া :- তাক্পিয়্ ইমা।
মধু :- য়েংঙুদো, বামোন্গ, মৈতৈগ য়ুম্বানমিননব য়াদব লৈ।
প্রি :- ইমা মিগি মরকতবু খেন্নব অমুক্।
মসি থমোইগি অসোনব উৎথোক্পনি ইমা।
মধু :- অমুক্ ব্রাহং তৌরনু, ঐসে নহাক্পু পোক্লিব নমানি।
প্রি :- নচাদি অদুমন জাৎ-বিজাৎ খাইদোক্প ঙমজরোই।
নুংসিরুব, পামজরুব মসি মনিং তম্বনি।
মসি থমোইগি ব্রানি। ইমান হেন্ন খংলিবনি।
মধু :- হে, নং অঙাং নৎত্রবনি। নং কাকা খংখ্রবদি ফজরোই।
ইমাদি হাইরিবসিনি, নহাক মুনন খল্লু, তুম্লো তুম্লো। [-]

# মরিসুব

প্রিয়া সুচিত্রা লম্‌বিদ ৱারি সানব, থোং তাব লম্‌বিনি।

প্রিয়া ঃ- সুচিত্রা নং প্রেম্‌গি নাকত অমুক্‌ত চৎপিরু।
ঙহান্‌গি ৱাফম্‌দু খংলব নৎত্র নহাক্‌সু,
নুমিৎ অদুদগি উনদ্রি, থোংলোম্‌দ চৎপদ থেংননি।

সুচিত্রা ঃ- উনসি হাইবগি পাউনিনে।

প্রিয়া ঃ- মান্‌নি, মাগি ৱাখল্‌সু খংলক্‌কদবনি।

সুচি ঃ- ঐন ফনব সিল্‌লুরগে।

প্রিযা ঃ- ঙাওরবনি ঐদি মাগি নুংসিবদ,
মসি নুংসিগি ঙক্‌লব ইথক্‌-ইরৈগি মতৌনি।
জাৎ তিন্‌নরুদব অসিন অমুক্‌ক হেন্‌ন নুংসিহল্‌লে।

সুচি ঃ- নুংসিবদি ময়াই কনবনি, মনিং তম্‌বনি।
ফরে. ঐ অমুক্‌ চৎলুখিগে। নং থোইন্‌ ৱারুরগনু। (থোংলোম্‌দ চৎখিব)

বাসুদেবন ঃ- য়ারে য়ারে। (থোং সাফমদ ধুপ্‌ হৈরুক্‌ কৎতুন খুরুম্‌ব)
ময়াম্‌ অমুক খুরুম্‌বিরো। (থোংখোং তৌবগি য়াত্র লৌব)

প্রেমচান ঃ- (হাথু হাথুন লাক্‌ই) ওজা ৱাফম অমতং।

বাসু ঃ- হাইয় করিনো (থওইদন)

প্রেম ঃ- মখারোম্‌গি থোংখোং হৈফম অসিবু?

বাস্‌ ঃ- তু—. উচুক য়ুংলিব অসিদ তৌগদবনি।

প্রেম ঃ- অদুদি অমুকতংগ য়েংসিনবিগদ্র?
ঐখোইগি ল্মদ ফুৎ কুনমঙা হেন্‌জিন্‌বিরে।

বাসু ঃ- অসিগুম্‌ব মসাতগি থনব ময়াম্‌ অসিন.
লৈবাক্‌ অসিদ অফব থবক্‌ অমত পাংখোক্‌প ঙম্‌দ্রে।
লৈবাকসি চাওখৎকদব য়াম্‌ন ৱাৎলি।
খরা কৎথোক্‌নব ঙম্‌দ্রগদি লৈবাকসি মিমান্‌নব ঙমখিরোই।

ধিস্বামভোর ঃ- মসিস্‌ মি অর্মাগ হক্‌নিনে।
চাওখৎনবনি হাইদুন মিওই খরগি পুন্‌সিবু
লৈখা তাহন্‌খিবদি লান্‌গনিদ, ইবুংঙো থিকাদার।
(ওইরমলিব মওংসিদ সুচিত্রা ঙক্‌লে.
মহাক্‌ ঙহাক্‌ য়েংলমলগ তুমিন্‌ চৎখ্রে)

বাসুদেবন্ ঃ- পাবুংবু ঙহান্ এসো লাক্তুন য়েংলম্বদু য়াওবদাই।
মেপ্ নুং তৌবদু উবদাইনে, নুমিৎতুদ করি তৌবিহৌরব।

বিস্বাম্ভোর ঃ- হাইজবনি তাবিখিদবনি। পাউখুম্ ওইন
ইসিং চেল্লিব মাইওন্ য়েংলগ থোং সাগদবনি
মসিতনি তাহন্বিরম্লিব, অঙম্বনি খন্ন।

বাসু ঃ-তো মসিদি ঐন ঙম্ব নৎতে।
হরাওন য়াত্র হৌরক্প মতম্দ অসিগুম্ব অসি ফৎতব মতৌনি

প্রেম্চান ঃ- মসিদি অফবনি, ঙল্লিঙে তান্নহৌবনি।
মমৈদ থেংনগদব কোক্ চিক্কদব ময়াম্দে নান্থোক্নব।

লোখোন্ ঃ- ইবুংঙো, থোংসি লৈরক্ত সাগদবনিকো,
নখোইগি ইংখোল্দ সাগদব নৎতেকো,
তুরেল্ ময়াইসিদবু পাতানি হাইদন অমা ওনথোক্পা ৱাবু
বামোন্নসু খিৎ হেল্লি অসিগুম্বসি।

বিস্বা ঃ- তাদ ফন অহন্সু ওইরে
তুরেল্সিবু কদাইদ চেল্লম্বগে চহি মঙাম্নক্কি অদাইদ
অমুক্সু লৈরক অসি বামোন্গি লম্দ সোকচিললিবনি।
মমাংদ সাখিব থোংদুদ মিয়াম্গি য়েংদুন লুপা চমঙাদং
সরকারন উ-ৱাগি মমল্ ওইন পিখিবনি, খরসু খনথবিয়ু অহন্নি

লো ঃ- নংবু বামোন চংলব্রো?
মরম্বু লৈরবর চিংনরেনে নয়াম্বখোইদি।

বিস্বা ঃ- অহন্নি তুং-মাং য়েংন ৱা ঙাংবিয়ু।
ঙসিদি লৈকাইনি মাই ঙাক্লবনি।

প্রেম্ ঃ - ফরে অদুদি, ওজা থিকাদার অচৌবদ চে থারগে।
অসুম্ন তাক্লম্বসিন মিয়াম্গিনি ফগদ্র খন্জরুবনি।

বাসু ঃ-ফরেনে, ঐসু য়াই। (প্রেম্খোই চৎখ্রে)
তোম্ব গুনিয়া তৌব হৌরসি।
ঐখোইগিদি থবক্ লেপ্কনুসি, মতাং-মতাংদ
পুম্নমক্ থেংনব হাইদুনি। (ময়াম্ তৌব হৌই) 📄

# মণ্ডাসুব

নুমিদাং চাক্সংদ রাধিকা, বিস্বাম্ভোর, প্রেম্চান্ মখোই পুন্ন ৱা তান্নৈ

রাধিকা ঃ-তাদ ইচানুপা অসিগিদমক্ হিংনিংলি, অদুবু
মতম্সিগি মিরক্সিদ হিংফম্ থিব ঙম্লোইদৌরি।

বিস্বাম্ভোর ঃ- পুক্নিং ফাথবিয়্ থৌরানি।
মতম্ লাক্খিনি খুৎকন্বগি সমাজ্ নৎতে।

প্রেম্চান্ ঃ- ইপন্ পুম্নমক্ অমত ওইখ্রে।
চে থাজিল্লুরে নুমিৎ কুন্তরুক্নি সুরে। মচিন্ত ফজহৌই।
থবক্তি ঙসি ফাওব তৌরক্তে, অসোন্-অনা মাংখিব তাবনি।

বিস্বা ঃ- পুমন্মক অওন্ব লাক্খিনি, অহৌব অরোইব নাইবনি।

রাধি ঃ- তাদ কুম্মৈদ থুংলব মৌসুমি নুংসিৎ করিবু কান্নরুনি পুম্নমক
হোংখ্রগনি। খুৎলিংব কাংবুন অতিয়াদ অসোন্বন ইরোলনুংদ।

বিস্বা ঃ- ইমুং অমতগুম্ খন্গদবনি।
নুংসিন পেন্থোক্পন থমোইদ লৈরব।
মতম্ অদুদ মালেম্দ মান্নব সমাজ্ অমা পুরক্কনি।
নৎত্রব, পুম্নমক্ মমৈদদি অৱ-পন্থুং ওইরগনি।

প্রেম্ ঃ- করি তৌগনি হৌজিক্, করম্ব লম্বি লৈরিবগে?

বিস্বা ঃ- অৱাব নংলিব ঐখোই পুন্সিন্নব পাউ ফাওদোক্নব,
খাংব কন্ব মসিতন খুলাই ওইদুন সিংনব ঙম্গনি।

প্রেম্ ঃ- মতম্বু মাংবিব ঙম্ব কনাবু লৈরম্গনি।
চৱা অমগি খল্লিঙৈ। (প্রেম্ তুমিন্ থোক্খ্রে)

রা ঃ- মহৈ তান্সিন্গদব মতম্নি ইচাসি কোক্ চিক্লবনি।
মসিগুম্বসি সমাজ্সিগি মাংজবনি।

বিস্বা ঃ- নহানি লম্জিংবিব অমা চংলি।
নৎতদুন নৎতব লম্বিদ চৎখিব য়াই। (মখোই চৎখিব)

প্রেম্ ঃ- এ! প্রিয়া নংদি কৈদৌরম্লিব ? (ইংখোল্মচি পৃখ্রি মাপন্দ থেংনব)

প্রিয়া ঃ- লৈতাব ঙম্দ্রদুন নহাক্ লাকপ্র য়েংলম্লিবনি।

প্রেম ঃ- থাবল্সি ইংই, অদুবু মৈসা ওল্লে।

প্রিয়া ঃ- নং ঐবু ৱারৌরম্লগনি মতাংসিন।

প্রেম্চান্ ঃ- *প্রিয়া নংনা খংলিবদুনি, ঐ কোক্ য়াম্ন সারে।*
হিংবগি ইরৈদ ইরাক্নরে লম্মাংনরে।

প্রিয়া ঃ- মতাং চাদন ঐন নহাক্পু হেন্ন ৱাহল্লে।
মসিগিদমক্ ঐবু কনা নংতে খন্বিদুন ঙাক্পিয়ু।

প্রে ঃ- নহাক্পু ঐ লান্ন খন্খিব লৈতে।

প্রিয়া ঃ- নহাক্ হন্খ্রো. মতম্সি য়াম্ন ফৎত্রবনি
ঐসু চংলগে।

প্রেম্ ঃ- ঙাইখো, নহাক্ চৎখিনু।
অমরোম্দ নংগ লোইনন ঙহাক্ লৈমিন্নবসে
মসিনসু থমোইবু খরত ওইরবসু সান্তি ফংলি।

প্রিয়া ঃ- নংগিদমক্ ঐসে খুদিংমক্ ঙম্গনি।
ফরে,হাইরো ঐবু করি নতেং তৌ হাইবগে।

প্রেম ঃ- ঙম্ন নুংসি নংগি থৌজাল্নি।

প্রিয়া ঃ- হেনজিন্ন ৱাখল্সু খন্বিরুগনু।
পুন্সিনি হিংনব খুদিংমক্ থেংনব তাবনি।

প্রেম ঃ- মিনিন সাওনিংবসু ফাওরকই,
হিংনিংবসু ফাওরি থমোইসিদ, মসি মিওইবৈ হৌনসানি।

প্রিয়া ঃ- চুম্মি, থোংসিন অসুমক্ সাজিনখ্রবদি রিভরবন্
মিয়াম্গি চৎন লম্বি অমসু সেম্লক্কনি.
থৱাই ওইরিব ইংখোল্সিগি সরুক্ খজিক্ত ঙাইহৌরগনি।

প্রেম্ ঃ- হিংজব ঙমলবদি হাইদুন কৈথেল্ ফম্দুন ইমান
অমুক্ ইংখোল্সিদগি মনা-মসিং য়োনদুন হেন্ন সেন্থোক্ ওইরিবনি।

প্রিয়া ঃ- চুম্মি, থেংনব তাবনি, মসিন ঐখোইগি ইথৌনি।। (চৎখিব)

## তরুক্সুব

জোইচান্গি য়ুম্দ লোখোন্গ ৱা তান্নরি

জোইচান্ ঃ- তাদ, মখোইসু কন্ন হোৎনরি
পি.দবল্লিয়ু.দি. অমদি আই.এফ্.সি.দি .অসিদ চে থাদুন.
হেন্দোক্তুন লোকেল্ মিনিস্তরদসু ৱাকৎলি, থেংনরি।

ᐧোখোল্ ঃ - নোক্নিংব ৱানি. অতৈদুন অমনি।
মন্ত্রিগি ৱাদুদি ঐখোই দোল্গিনি হাইব। (নোক্মিননব)

জোইচান্ ঃ - লৈবাক্সি মখোইন মসক্ খংদ্রে।
অমদু মখোং পান্দুন চৎলবনি হাইবসে।

লো ঃ - চুম্খ্রব ৱানি. মান করিবু ঙমদব লৈরিবগে।

জোই ঃ - মদুন ঐখোইগি। (প্রিয়া চংলক্ই)
ইবেম নং লাক্প ফরে, য়েংঙোই চা গ্লাস্ অনিদ
লোল্লম্মু। ননদোম্চাসু কৈথেল্ চৎখিবনি।

প্রিয়া ঃ - হোই কাকা। (চংখি)

লো ঃ - লন্ মাসি অখোইবনি। লৈগে ঙম্দব।
অদুন মতম্চারিঙৈ তুংগিদমক্
ইচাসিংগি খোম্জহৌগদবনি।

জাই ঃ - চুম্মি তাদ, ঙসিন লোইব নৎতে, ইচাসিং ইসুসিং লৈরি।
মখোইগি হোৎনবিরম্দব য়াদবনি ঐখোইন।

ᐧ ঃ - মান পুন্সিবু মঙাল্ নাইহল্লিবনি, অদুন ইতুংদ
ᐧম লৈহললিবনি। ফৎতব মিবু ফজন উহললিবনি।

ᐧই ঃ - মাননি। (চা পুরকতুন পি)
নপলদ হান্ন পিরো।

লো ঃ - ফরে-ফরে, অদুন বামোন্গি খংদে ঐখোইগি মাংব য়াদে।
ননাওনুপাস্ প্রাধান্ ওইরিবনি। পুম্নমক্ ঐখোইগি দোলনি।

জাই ঃ - ইবেম নং চৎলো চৎলো। (চৎখ্রে)

ᐧয়া ঃ - ও পুমনমক্ খংলে। ঙম্ন মখোইগী থৌসিন্।(মতৈমত ঙাংজব)

ᐧমতি ঃ- লাক্ও লাকও ইবেম, (চাক্সংদ)
সারিঙৈসিদ ইমা-ইচা পুন্ন চামিন্নহৌরসি।

প্রিয়া ঃ - ইমা নচা চাক্ক চানিংদ্রি।

ᐧপুমতি ঃ - নংবু করি তৌরবগে, নসা নুংঙাইত্রবো"

ᐧয়া ঃ - অদুই নৎতেদ ইমা।

ᐧদ ঃ - অদুদি হাইয়্-হাইয়্ ইমাদ।

ᐧয়া ঃ - মিন মিবু, অচৌবন মচাবু তুহৎপিরি, নৈহৎপিরিব।

মধুমতি ঃ - ও ইচাদি, অদুগি ওইরেকো,
লৈবাক্কি ৱাদি ইমা-ইচানদি করিবু তৌরুগনি।
প্রিয়া ঃ - ইমা-ইচাদ থোক্লবদি!
মধু ঃ - চুম্মিনে চুম্মিনে, অদুবু ইমাইচাগিদি নং কাকাহোই ময়াম্
লৈরিবসিদি অদুন চাওথোক্ন হিংজরিবসিনি।
প্রিয়া ঃ - ফরে ইমা তোক্পিরো।
মধু ঃ - মদুন ফৈনে, ঐগিসু নৎতব ৱাখল্দুদ।
অদুগি মহুৎত ইমা নুংঙাইব পাউ অমা তম্গে
নখুৎ হাম্লো চান-চান লিরগে। (চাবৈ মওং)
নংবু মতোং-মতোংদু খল্দুন চাওনে, ইবেম।
প্রিয়া ঃ - চিন্সিন মরোল্ অমা হাওত্রিব ইমাসিদি।
মধু ঃ - হোইদ হোইদ। ৱাংজিং নন্দোম্চান হাইরিব,
নুপামচা অফব অমা লৈরেন, মসা দোক্তরনি,
সরকারগিসু ওইরিব। মঙোন্দ নংবু থাজখ্রসি অসিনি।
মসক্ ফজরদি য়াইঅন নুপামচাদুনসু হাইরিব।
প্রিয়া ঃ - ইমাসিদি নচা য়ুম্গ অমত পান্জররোই
ইচা-ইসু ৱাহৌনবনি।
মধু ঃ - নংগি ৱাদু চৎনব য়াব নৎতে।
লাই-হাক্তক্তে চৎনরক্লব য়ুম্বাল্ লম্বিবু নংন
মথোং-হুক্তব তৌগনু।
প্রিয়া ঃ - ইমা-য়ারে তোক্অসিব তাব ৱারে।
মধু ঃ - হোইনে হোইনে অদুবু ইমাগি ৱাসি য়াগদবনি।
প্রিয়া ঃ - ইমা—, নংসিদি মমা নৎতগুম্ই॥

# তরেৎসুব

লৈকোল্দ প্রেম্চান্ অমদি প্রিয়া উনব সনধ্যা মতুং
প্রিয়া ঃ - প্রেম্ ঙসিদি ঐ হিংবসে পাম্লক্ত্রে ।
প্রেম্চান্ ঃ - নংসু ঐগুম্ন,
লুরবর হিংবসি য়াম্ন?

প্রিয়া ঃ - লম্‌বি তিন্‌নদে, মৈসাদি অমতনি।
ঐগি লম্‌বি নুংসি য়েক্‌নবন পিক্‌ থল্‌লে মাইকৈ খুদিং।

প্রেম্‌ ঃ - লিয়্ন ঐঙোন্‌দসু নংগি অৱাব ৱারি।

প্রিয়া ঃ - অঙকপন থল্‌লব থৌদোক্‌নি। (ফ্লাস্‌ বেক)
(তুরেন তাফম্‌ ময়াম্‌ ইরুজফম)

সিদারথ ঃ - ইচেপি ইসিং সোক্‌লম্‌লিব্র?

প্রিয়া ঃ - হোই ইবুংঙো সিদারথ।

সিদা ঃ - ঐ চেপিদ ৱাফম্‌ অমত হাইজগে
মসিদ ঐবু লান্‌নসু লৌবিখিনু।

প্রিয়া ঃ - ৱাহৈদু হন্‌জিল্‌লু নচেদগিসু হন্‌বনি।
পাপ্‌ পুইন্যগি ৱা কাওথোক্‌কনু নহাক্‌ মিওইবনি।
সিদারথ নং মুন্‌ন খন্‌থৌকো।

সিদা ঃ - খন্‌থরুই হেন্‌ন ময়াই কাহল্‌লি। নংবু পাম্‌মুবন।

প্রিয়া ঃ - নুংসিব ৱাফম্‌সিদ নংবু থওইদব নৎতে।
অদুবু য়াবদি ঐন ঙম্‌লোই। মরম্‌ অমুক হাইরুদ্রগসু
নহাক্‌ অঙাংনি ঐন য়াম্‌ন হল্‌লি। পুক্‌নিং ফাথৌ।

সিদা ঃ - চেপি ঐদি ঙাওরবনি, অফ-ফৎত তুংওইনরবনি।

প্রিয়া ঃ - সিংনব মদু তৌগনু। মদুন পুন্‌সিবু লৈখা তাহন্‌গনি।
মদু খন্‌থহৌব চুম্‌গনি।

সিদা ঃ- ঐদি নহাক্‌পু পাম্‌মি-নুংসি,
করি তৌগনি (ফ্লাস বেক্‌ লোইব)

প্রেম্‌চান্‌ ঃ - অঙাংনি মৈ কিদব মতমনি
থেম্‌দুন মাবু মবুক্‌ পেল্‌হন্‌গদবনি।

প্রিয়া ঃ - মদুমক্‌সু মি কৌবনিন,
ইজৎকি ৱা হাইদন অমসু লৈ। অমুক্‌ তুংগিন করি?

প্রেম্‌ ঃ - মি-ওইরুব অসিন খুকিংমক্‌ থেংনব তাবনি।

প্রিয়া ঃ - মসিন লোইদ্রি।

প্রেম্‌ ঃ - অতৈসু!

প্রিয়া ঃ - অতোপ্‌প নুপা অমদ থাজনব ইমান ব্লা হৌদোক্‌লে
নং ঐগি মরক্‌ত জাৎকি ব্লা মসিন ইমাবু
হেন্‌ন থৌনা হাপ্‌চিন্‌খ্রে. মসিন ঐঙোন্‌দদি।
প্রেম্‌চান্‌ ঃ - ইমাগি ব্লাদু য়াম্‌ন ফৈ, ঐদি মতিক্‌ চাদবনি।
নুংসিনব মাগি পন্‌থুং থুংনব ওইদবসু য়াই।
প্রিয়া ঃ - মদু ঐন য়াব ঙম্‌লোই, করিগি খংবিদে,
ঐন ব্লারিব কাইনরব মতুংদ করি ওইহৌনি.
নহাক্‌ অমুক্‌তং হাইয়ু।
প্রেম্‌ ঃ - ফরেনে. ঐবু হৌজিক্‌ করিনো?
প্রিয়া ঃ - খংদে ঐদি কাইনব ঙম্‌লোই, নংবু পাম্‌মুজে।
ঐগি নুংসিবদি নংন পুম্‌নমকনি।
প্রেম্‌ ঃ - ঐসু নংবু নুংসিদে হাইবদি মিনম্‌বনি।
মাংদ তারিব ঐগি লম্‌বি, হিংবৈ অরুব, অমুক্‌ন
নুংসিবগি চয়েৎনরিব করিনো ঐ খংদ্রে। (কোক্‌ পাইব)
প্রিয়া ঃ - ফরে, করিদি লৈরি. ঐবু সিজখ্রো হাইন বোর্‌ পিবিরো।
নংগ কাইনগদবগি সরুক সিখিবন চামরক ফরগনি।
প্রেম্‌ ঃ - প্রিয়া------। (থমোই সোক্‌ন)
হে নোংদম্‌ব নংগি সিন্‌থোংসিবু করিনো।
সিদারথ ঃ - হাইস্‌ নুমিদাংসিদ চেপিগ তামো প্রেম্‌চান্‌গনি। (সিদারথ লাক্‌পদ)
ফৈ কাকা জোইচান্‌দ তম্‌মুরগে। (চৎখিব)
প্রিয়া ঃ - ব্লারগনু নুপানবু অদুক্‌ থমোই সোন্‌ব।
জোইচান ঃ - কনা কনানো (কন্‌ন) লৈরম্‌মু খংগনি। (জোই লাক্‌প)
সাগৈগি মাইখুনব হোৎনব। (মনাক্‌ত লাক্‌প)
প্রিয়া ঃ - নং চেন্‌খ্রো, কাকা জোইনি পুম্‌নমক্‌ মাংবদ তারে।
প্রেম্‌চান্‌ ঃ - হা! (চেন্‌খিব)
জোই ঃ - হে লম্‌কেৎপি নুমিদাংসিদ থাবল্‌নি, লৈকোল্‌নি সির?
অমদুন কদাই? নখোইগুম্‌বসি পোক্‌লুবন সাগৈসি
মিমাং ফম্‌হল্‌দৌরেদন। চৎলু নসক্‌তু য়েংনিংদে।
প্রিয়া ঃ - কাকা নচা লান্‌জরে, অমুক্‌ তৌজররোই।

জাইচান ঃ - চৎলু নসকতু য়েংনিংদে, লমজা-সরা সাগৈ মচাদুনা চেন্‌খ্রেদন। (প্রিয়াসু চেন্‌খ্রে)
খংগনি ঙসিদি (সাওন মতৈমগি নাকত লাক্‌ই) ইতৈম—। (কন্‌ন) অঙাংসি কা হেল্‌লি তাচৌন লৈখিদ্রবসিদ মবুক্‌ নৌখিনি কেথোক্‌হল্‌লুব মদুগি মহৈ ঙসিদি ইজৎ তাৱেদন।

মধুমতি ঃ - ইবুংঙো ৱারকউ, লম্‌ হেল্‌লবনি মতাংচারিঙেসিদ নতৈম য়াই। মনমসিদ লিচৈন সাল্‌লু। মিয়াম্‌ন লুখ্রাবি মচানি হাইনখিনি।

জোই ঃ - ফরে. ইতৈমন থেম্‌-নৌদুন মতুং তৌহন্‌গনু। মতুংদদি সাগৈ ময়াম্‌ন ৱারৌরক্কনি। ঙসিদি ফরে মসা নহানি। (চৎখ্রে মমাসু ইমুং চংলক্‌ই)

মধু ঃ - হে লেমকেৎপি, নুমিদাংসিদ নংবু সারনে?

প্রিয়া ঃ - ইমা, নচা লান্‌জখ্রে।

মধু ঃ - করি (সাওন) ইমা কৌরক্কনু। নংবু ইচা ওইন ফংলুব মিচৈ চানবগির! নংতর লৈকাইসিগি লৈসাবি?

প্রিয়া ঃ - ইমা অদুম্‌নসু হাইবিগনু. নচা লানখ্রবনি।

## নিপাল্‌সুব

অয়ুক্‌ সিন্‌মি ময়াম্‌ থোংগি গুনিয়া তৌরি।

প্রেমচান ঃ - ৱাফম্‌ অমত হাইজগে।

সিনমি ১ঃ - তাকপিয়ু করিনো?

প্রেম ঃ - থোংখোং তৌবসি লেপপিখো। মরমদি তৌবিরিব মফম্‌সি ঐগি ইংখোল্‌দ থোক্‌লে অদুন থিকাদারগ পুন্‌ন ময়াম্‌ ৱারি সানব চংলি।

সিন্‌মি ১ঃ - থবক্‌তি লেপক্‌নুসি. ৱারিসু সান্‌নব অদুম্‌ সিন্‌বিয়ু।

প্রেম্‌ ঃ - মদু য়ারোই তৌরিব মফম্‌সিগি ৱানিনে।

জাইচান্‌ ঃ - করি ৱানোদ ইবুংঙো থবক্‌ লেপ্‌খিব অফব নৎতে। নাক্‌-য়েৎ অনিগি মিয়াম্‌ন ৱানরিবসি নহাক্‌সু খংলিবা নৎত্রো।

প্রেম্চান্ ঃ - থোং থিংজব নৎতে ব্বাফম্ অমা লৈখাই তাদনদি
থবক্ মখা চৎথবিগনু হাইজবতনি।

জোইচান্ ঃ - নংগি ব্বাদু য়াম্নদি ফজরব অদুদ,
থোংখোং তৌরিবসি লৈরক্তনি হাইবসি কাওনুদো।

প্রেম্ ঃ - কাকান খংদব অমখক্ লৈরে।
মফম্সি ঐখোইগিনি হাইবদ পেন্‌বিদ্রগদি, পাতা য়েংবিব তারি।
ঐ চৎলগে লৈকাই ময়াম্ তান্নবিয়ু।

জোই ঃ - মিসি য়াম্ন ফৎনদ্রে।

সিন্মি ঃ - মান্নি তাদ খরা কৎথোক্নদ্রগদি, পেন্থোক্নদ্রগদি
করম্ন লৈবাক্ চাওখৎপ ঙম্গনি। (লোখোল্ য়ু ঙাওরগ লাকই)

লোখোল্ ঃ - কৈদৌনরে? (ঙাওবৈ খোন্থোক্ত)

জোই ঃ - বামোল্ ইমুংন থোং থিংলি।

লো ঃ - করি-। (কন্ন) সোনাপুর খুংগংসি মখোইন পাল্লিব্র?
(লাওন) লৈকাই লৈকাই নহাসিং থোরক্লো বামোল তাললসি

জোই ঃ - করি মতৌনো তাদ?
মদুগি মতম্দু ঙসিদি ওইদ্রবনিনে, তপ্ন খন্নসিনে

লো ঃ - য়াম্ন পেল্লকতবৈ ব্বানিদ নয়াম্বন।

## মাপল্সুব

বামোল্ ইমুংদ ময়াম্ লাক্প নুমিদাং চাক্চমাং

সিদারথ ঃ - (কৌব) ইমা থৌরনি, মি লৈত্রো, লৈরদি মপান্ থোরক্ও।
তারবো- লৈকাই ময়াম্ লাক্ইয়ে।

রাধিকা ঃ - তাদসু থোক্লুসি। (রাধিকা বিস্রামভোর থোরক্ই)
ও- ইচাসিং ময়াম্ লাক্ই, হাইয়ু হাইয়ু
ইমাদ করিনো হাইনিংলিব?

সিদারথ ঃ - সিনি বাইম থোংসি সাসি থিংবিগনু।

রা ঃ - অদুম্ন খন্গনুকো ইচাসা ইমাখোইদি থিংদেকো থিংদে থিংদে।

সিদারথ ঃ - মদু ব্বাহেনি য়ুম্ অমগিদমক্ খুংগং অসিম মাংহন্ব চুম্দে।
মদু মিয়াম্নসু য়াফম্ থোকতব থৌওর্নি।

জোইচান্ঃ - সুম্ন তৌবিরো সরকারগি সেল্ লৌবিয়ু।
মফম্সিদ লৈব য়াদ্রবসু অমা অদুক্ লৈব হাইদুনি।
ইংখোল্সিবু কোন্সিন্বদি চুম্লোই।

বাধিকা ঃ - মদুদি হাইনু, মিনি নোইসু মিনুংসি খরা লৈয়ুনে।
মিনি ঙম্ন সিখিবদ পুম্নমক্ থম্লম্গদব ঙাক্তনি।

সিদা ঃ - নখোই ইমুং অমগিদমক খুংগংসিম মাংবদি য়ারোইনে।
বাইমসু গ্যান্ খরদি তাবিয়ুনে।

বাধি ঃ - ইচাগি ব্রাসিদি, তাবদ ওন্থোক্ন ব্রাখ্রেদ।

সিদা ঃ - থোং সাব থিংবসিদি ব্রারমলোই হাইন খনব্র?

বিস্বান্ভেরাঃ - নংদি অঙাংনি খংলিরোই। থোংন লৌরিব থৌদাং
মদু ওইদুনসু, ইমুং অমন হিংবগি হকত সোক্লবদি
আইন্গি ব্রা অমসু লৈবনি।

জোই ঃ - তাদৈ ব্রাদু কক্চবদি নৎতে, অব্রাং লৈকাইগিদি থোংসিন
থব্রাই ওইরিবনি। আইন হাইবসি মিন সেমবনি।

সদা ঃ - অহনবু বাইমগি নকনবিরে? (ময়াম ব্রা নোক্ই)

বস্বা ঃ - হে অঙাং মি য়েংলগ ব্রা ঙাংড় নচোমপাক্ নাইদব।

জোই ঃ - তাদ অঙাংনি সাওবিখিনু অদুবু তাদসু লান্বদি লৈ।
অদুন চেক্সিন্বিয়ু, থৌরান্নিসি মপুরোইব লৈখিদ্রবনি।
মিয়াম্বু চিংনহন্গনু। ঙসিগিদি ঐখোই চৎলগে।
থোং-সাবদ থিংব সুক্য়া য়ারোই, নখোই ইমুং
মফমসিদা লৈব-লৈখিদব মদুন ব্রা অমনি।

সদা ঃ - মান্নি বাইম চেক্সিন্বিয়ু, মিয়াম্ হাইবসি লুবনি। (মখোই চৎনখ্রে)

বস্বা ঃ - থবক্সি লাইরোইদৌরি।

বাধিকা ঃ - খংদ্রে তাদ, তাদবুসু ঐখোইগ নকনরুদুন ইচুম্মক্-চুম্ন
অমোংপ তৈসিল্গদৌরি লাইবক্ থিরব অমন।

বিস্বা ঃ - অচুম্ব মাদি মিচেন্ নৎতে। পুম্নমক্ থেংনব তাবনি।
থোইনসু খলল্বগনু থুদিংমক্ য়েংব তাবনি।

# তরাসুব

*মথং নুমিদাংৱাইরম লম্‌বিদ প্রিয়া, সুচিত্রা উন্‌নব লাক্‌ই।*

সিদারথ ঃ - ঙসিদি ইস্বোরন পিনবিরে। (প্রিয়া উবদ)
মাবু লাক্‌প ঙাইবদ নুমিৎ কয়া অরেম্‌বদ চৎখ্রবনি
অদুবু ঙসিদি পুম্‌নমক্‌ থুংলরে। (লৈপল্‌দে চোংথোরক্‌ই)
চেপি, ঙসিদি ঐগি নুমিৎ থোক্‌লেদো। (লম্‌বি থৎপ)

প্রিয়া ঃ - সিদারথ ঐবু থিংগনু, ঐ চৎখিগে।

সিদা ঃ - পাওখুম্‌ন নিংব থুংহল্‌লু থমোইসে, লম্‌বি পিগে।

প্রিয়া ঃ - নংগি অপাম্‌ব মদু করিগুম্‌বদ ওইথোক্‌লোই।

সিদা ঃ - করি, (সোরি উৎলি) অমুক্‌সু খন্‌থৌ মতম্‌ পিরি।
থমোইসিন নহাক্‌পু সেংন নুংসিজে।

প্রিয়া ঃ - নচেগুম্‌ খল্‌লু পুম্‌নমক্‌ য়াইফনব।

সিদা ঃ - ইহি......, হে........ হে (নোক্‌প)ঙম্‌লোই সুক্‌ওই ওইরোই
ঙসিদি ঐগি নুমিৎনি, নংগিদমক্‌ বামোল্‌ তামো লাকলরোই।

প্রিয়া ঃ - হে সা, মদুনদি অকন্‌বনি থৌনা লৈবনি হাইরোইনে।

সিদা ঃ - নহাক্‌ লাইবক্‌ থিরে। (থাংন থিন্‌গে তৌব)
ঐন হাইব ইনদ্রবদি থাংসিন লেনদুন নিংতৌগনি।
ঐন হাইব য়াও।
সোম্‌দ চৎলু। (সোরি মতোন্‌দুন থিন্‌গে তৌই)

প্রিয়া ঃ - (ৱাখ্‌লদ) নুপানি সিংনরুবদ মাইথিগনি,
ঐ লৌসিং অমা তৌরগে?

সিদা ঃ - করিনো খল্‌লিবদি?

প্রিয়া ঃ - উপাই লৈত্রবসিদ নফম্‌দ চংজরগে খল্‌লে।

সিদা ঃ - হো, অদুম্‌ন নথমোইদু সেংঙুদন।
অমুক্‌সু ঐগি থমোইদ হৌরক্‌লিব নুংসিগি ইথক
মসি নহাক্‌ নৎতন কন্নানসু ফাথরুব ঙম্‌লোই। (মখোই চৎখিব)

প্রিয়া ঃ - (লৈকোল্‌ মচিদ) ঐবু কৈকৌজৌ হাইবনো?

সিদা ঃ - নুংসা মঙাল্‌ চংদ্রিব মোল্‌লবি নংগি লৈনাসিংদুন!
থৌরাংলিবসি পেল্‌হন্‌লু। (প্রিয়া ফুরিৎ লৌথোক্‌সিন্‌নরে)

প্রিয়া ঃ - নংগি থাংদু লৈমাইদ থম্‌খ্রো (থাং থম্‌খ্রগ প্রিয়াবু কোল্‌সিল্‌লি)
তান্‌জাসি মাংহল্‌লরোই. খংগনি থাংসিন (পুক্‌নাক্‌ত থিন্‌ব)

সিদারথ ঃ - চেপি--- আ---। (লৈমাইদ তুথখি)

প্রিয়া ঃ - কনা কনা লৈবগে!

ময়াম্‌ ঃ - করিনো কনানো সিদারথনিনে। (ময়াম্‌ চেল্‌লক্‌তুন)

সুচিত্রা ঃ - প্রিয়া! করি মতৌনো হা--। (অসোক্‌প হোস্‌পিতাল্‌দ পুখিব)

প্রিয়া ঃ - সুচি— ঐ ঙাওরেনে, করি তৌনি হৌজিক্‌?
পুলিস্‌ত চৎলগে, ঐ ঝারে।
ঝারি পুম্‌নমক্‌ তম্‌লুরগে।

সুচি ঃ - ফরে. নং পাখৎকনু গারিনগ সোক্‌কনি। য়ুম্‌দ চৎসি।
ঐ পাউসি য়ুমদ তম্‌লগে, অদুগ করিনো মখা তাব তৌরসি।

প্রিয়া ঃ - ফরে চৎলসি---। (মখোই অনি চৎখিব)

সুচি ঃ - হে তাইবং মি নহাক্‌তি সা ওল্‌লবকো। (মতোম্‌ত ঙাংজব)

# তরামাথোইসুব

থাবল্‌দ. প্রেম্‌চান্‌ ঝাখল্‌ নুংঙাইতন তোরবাল্‌দ ফম্‌লি

প্রেমচান ঃ - প্রিয়া নংদি নুপিলক্‌ত অথোইবিনি।
নংন লৌখিব থৌদাংন থাগৎনরি মিয়াম্‌ন,
নুপিনি ঐখোইদি খাংজিন্‌গদবনি হাইবদু থাদোক্‌তুন
মসাগিদমক্‌ মাইয়োক্‌নখি, নংদি থৌনা ফবিনি।
অচুমবন নংগিদমক্‌ লেপ্‌লি, নংগি মাইপাক্‌পনি।
(মিয়াম্‌ লাংনরক্‌প) হাইস্‌ ঐখোইদনি লাংলিবসি (চংলক্‌প)

জোইচান্‌ ঃ - কয়ারক্‌ সুরে তৌগনু হাইখিব. নুপা লৈখিদ্রবি
মনাক্‌ত ঙসিসু. সোনাপুর খুল্‌সিগি মাই খুবনি।
ঙসিদি নখোইবু ঙাক্‌পিব ঙম্‌লে'ই কৈন্যা কৎকদবনি।

মিয়াম ঃ - মান্‌নি, হৌজিক্‌মক্‌ কনানো লৈপরেং সিল্‌লু।

প্রেম্‌ ঃ - (নাসোন্‌ন) করি পাপ্‌কি থৌদোক (উংদুন লৈখি)

লোখোন্‌ ঃ - মতিক্‌ চারব দন্‌দিনি মসিন,
সাসিং অসি লম্‌সিদ লৈহন্‌ব মতিক্‌ চাদ্রবনি।

নুপি ১ ঃ - মান্নি ইচা-ইসু মতৌ তম্লক্কনি।

বিস্বাম্ভোর ঃ - মতাংন মতম্ন থৌরানি অমদি ঐবু মরাল্নি
পুন্সিবু খম্থেংন ৱাহল্লি। ঐখোই লান্খিদবনি
ইস্বোর্ন সাখিনি। লম্দম্সি কৈদৌঙেদ থাদোক্লোই।

জোইচান্ ঃ - করি সা নখোইবু, উমংন মতিক্চাবনি নখোইগিদি।

বিস্বা ঃ - ঐখোইবু সানি হাইজরবসু কদাই ফাওব চুম্লিব।

নুপি ১ ঃ - ইমুংদগি ফারবসিদ, করম্ব প্রমান্ পাম্লিবগে।

বিস্বা ঃ - ঐ চেল্লরোই, নখোইন ময়াম্নি।
অদুবু অচুম্বদি মসিদি নৎতে। মসি নখোইগি লাল্ওংনি।
ঙসিদি নখোই হরাওরি, অদুবু নখোইগিসু মতম্ লাক্খিনি।
(ময়াম্ লাংসিললকই. লৈপরেং পুরক্তুন থৌরাং তৌই)

রাধিকা ঃ - হা গোবিন্দ মতৌসি নংগি করম্ব চাংয়েংনো?

ময়াম্ ঃ - নুপিন হান্ন হুক্হল্লো। (লাংব)

রাধিকা ঃ - হা কৃস্ন ননাইদি লোইরেদকো। (লৈ হুক্প)

ময়াম্ ঃ - করিগি সুক্থরি মাই পাক্লবনি। (খুবাক খুব)

নুপি ১ ঃ - লোইরবনিন কৈন্যাবু য়ূম্দ পুবিখ্রো।

লোখোন্ ঃ - মসি য়ৌরবদি ময়াম্ অমুক্ হন্নরসি (হন্খিব)

প্রেম্চান্ ঃ - ইমা। (খাংঙম্দন) মসি করিনো?

বিস্বা ঃ - ইবুংঙো মসি ঐসু খংদ্রি। ঐবু নহাক্ চিংনব্র?
নমাবুসু চিংনব্র, পুক্নিং ফাথব তম্মু।
পুম্নমক্ মতম্ন পুরক্খিনি। অচুম্বদি মঙাল্নি।
লোখোনগি মচা সিদারথসু সিনিংচিৎত হিংহৌরিবদুনি
মখোই মসেন্ ওইবৈ তুমিন্ লৈসিন্খিবনি।
অকন্বৈ সিথরক্প মতম্ লাক্খিনি। (প্রেম্চান্ তুমিন চৎখি।
(বিস্বাম্ভোর চৎখি। কপ্ন রাধিকাসু ইমুং চংখ্রে)

রাধি ঃ - (ফমুংদ লোংন, ৱাখল্দ) অচুম্ব নং কদাইদ চৎখ্রে?
অরাল্বন মখোং পান্দুন চৎলে। ঐগি ইজৎ সিথখরে।
ইচানুপান ঐবু করম্ন উরিগনি? ইস্ ইকাইখ্রেদকো।
অমুক্ তাদ মহাক্সু লৈখা তাহল্লব, হে মি নহাক্
সা ওল্লে লৈবাক্সি মৈসা লাংলগনি।

অসুম্ন অসুম্ কৈদৌঙেনো মলেম্সি সান্তি ওইরক্কদব।
ঙম্না মাংখ্রে অচুম্বদি মরাই চাইথখ্রে।
হয়েং নোংঙাল্লগাদে ঐগি ৱারিন তাইবং পোথানরগনি।
অসুম্ন ইকাই ফিরুপ্ খুম্ হিংগদৌ সরুক্ শিখিবন ফৈ।
চুম্লে ঐগি ফিরেপ্। ইপুরোইবে তুংইন্দুন সানতি ফংলনি।
(হৌগৎতুন কৈনোম থি)ও তিলহিদাক.নংন ঐবু সান্তি পিয়ু
ইমাগি ইবুংঙো প্রেম্ ইমা চৎলগেকো নপাগি তুংইনন।
নংন ইমাবু বিদাই পিরোনে ইমা ৱারেনে। (তিল্হিদাক থকপ)
ইচাবু পুনসি তোলোইন নাওকোনজনিংবনি অদুবু
ঙসিদি মলেম্সে মৈ ওন্দুন অসোনববু চাক্লক্লে
ইবুংঙো ইমা য়াদ্রেনে নংন অচুমবদি খংলক্উকো
হা --- --- ইস্বোর -- --- । (খাংঙম্লক্ত্রদুন লাওব)

প্রেমচান :- ইমা করি তৌরে, এ! তিল্হিদাক থক্লব। (প্রেম্ লাকপ,
কমদৌনি সিদি। (মি তানব লাওব কনাসু লাকতে মমৈদ মসান
গারি থিব চৎখিব. ফংদদুন চোনথন ওকতে পুরকপ. মমা
সিরমব) ইমা (খোনগাইদ) করিনো তৌরিব অসিবু!(কপপি:
নচাবু করিনো তৌগদবা! থমোই অসে মচেৎ তান কাইরেনে।
ইমা কাবগি লোনথোকত লৈরিবনো, ঙসিদি নচাগিদমক
কনাবু লৈরিবগে মালেমসিদ।
ইমা নচা খাংব ৱারে, ইমা। (কপন তৌফম্ খংদ লৈ)

# তরানিথোই সুব

অয়ুক্ মংগারকপ. ময়াম হননখিব প্রেম্ মাংগোন্দ মওন্-মওন্ খল্লি

প্রেমচান্ :- ফৈ (সাওন) পুমনমক্ লোখোন্ অমদি জোইচান্গি
থৌইনসিন্নি। চুমমি মচান মমা-মপাগি লমন্ সিংগনি।
(ইমুংদৈ চৈতুপ্ অমা পুদুন সাওন চেন্খ্রে)

সুচিত্র :- এ! করি মতৌনো. পুম্নমক সিনব তাখ্রে। (লম্বিদ)
এ কাকা জোইখোইদ চেন্সিন্খ্রে, হা ইস্বোর নংন পুবিয়ু
(মচিন মনাও ময়াম্ থাংগ-চৈগ প্রেম্বু লাংগোই চন্খ্রে)

প্রেম্চান্ :- করি নখোইন লাংগোই, হাইস্ খংব্রা (চৈন থাবদ সোক্পদু তুখি)

জোইচান্ : - নখোই করি য়েংলি, ঐখোইগি মি সোক্লে হাৎলো।

(ময়াম্ হোৎচিন্দুন ফুবদ প্রেম্ব ৱান্থখ্রে মতম্দু প্রিয়াসু উই)

প্রিয়া : - ইমা-! ইমা মি সিরে! ইমা---। (ৱান্থখিব)

মধুমতি : - করিনো ইবেম --- । (সুচিত্রগ মমাগন লাইকন্নৈ)

ইবেম ইসিং ইসিং ----! (লৌরুদুন থাব)

জোইচান : - অসোক্প অনিমক হোসপিতাল্দ পুখ্রো। (পুখিব)

সুচিত্র : - প্রিয়া, নংবু গ্যান্ তারবো?

প্রিয়া : - সুচি ---। (ৱান খুমলকই)

মহাক্ কম্দৌখ্রে, হাইয়্ মহাক্ কমদৌখ্রবগে?

মধুমতি : - খরা খজিক্ সোক্পনি। নং কাকা চাওবগা পুনন

হোসপিতাল্দ পুখ্রে। করিস্ তৌররোই নং ৱারগনু

প্রিয়া : - মহাক সোইদন হুদোংথিরমগনি মিকপতুদ ঐনা গ্যান মাংখিব

## তরা হুমদোইসুব

নিংথৌল কাদ মমা-মচা ৱারি সাব

প্রিয়া :- ইমা নচাবু ওৎপিরগনুব। (কপতুনা ঙাংব)

মধুমতি :- ইমাবু অদুমন খন্গনুনে, পুম্নমক্সে তুংগী দমকনি

মসিদ ইমাবু ফৎতবি মমা ওইন উহন্গনু।

প্রিয়া :- মৈরকসিদ করিনো নচান তৌগদবসিবু।

থমোই অসিবু মিকুপ অমতসু সানতি লৈহনবিযুগব।

মধু :- সান্তিনি, পুম্নমক্ খললুনে চুম্ন হেক্ত।

প্রিয়া :- ইমা নচাবু নুংসিবিয়ুনে।

নচাদৈ পাউখুম্ অমুক্ হাইরগনু খাংবদ য়াম্ ৱারে।

মধু :- হোইনে হোইনে অদুম্নদি ওইরগ মিওইবৈ চহি

মতাং হাইদন অমসু লৈ, লিথোক্খিবদ কনাই মাংজবনো?

মৈসা লাংলি, নুংসিব কাইনরি য়াব নৎতেনে।

পুষা ঃ- ইমা থমোইবু য়ৌন ওৎপিগনু
নচাসু মিনি লনাই ব্বারেপ লৌজনব তান্জ পিবিয়ু।
.. তি ঃ- হোইনে পুম্নমক্ ওইদুনসু নমানি ঐসে।
মচাগিবু ফৎতনব মমান সিনব হৌনব্রনে।
ইমাদি অমুকসু হাইরিবসিনি সাগেবু কিন চৎলু।
লুহোংব মসিন পুমনমককি য়াইফব ওইগনি।
(সুচিত্রা চংলকই) ফরেদ, ইচা লাকপ, প্রিয়াসে অম্বকত
গ্যান তাহল্লু সিললুব ময়াম্সে মাংব তাবে
.ত্রা ঃ- ইমা- । (মমা থোকখ্রে)
. ঃ- সু'চ ঙাওরে, করিনো তৌগদব অমৎতসু থংদ্রে।
ঃ- প্রকনিং ফাথগদবনি ঐন লাকলিবসে পাউগিনি
. . তাং.. কবমব পাউগিনো
ঃ- .পুমদ্ লইবক থিবে মঙাওব হাইদ্ ওইখ্রমনে।
তা। মহাক খঙাওব হাইবদু ওইত্রব।
... মতোনো হা ইস্বোব অচুমব হাইবদবু কৈদনো
...সাদ এগি ব্বাহৎ সমুদ্রদ লপসিলল্কনে।
.া ঃ ঙাসান পুমনমকসি নোংদমব ওইখ্রে
ঃ ...সুক তমথিব, ব্বারব মিকুপাসিদ
কারগি লুহোংব, মেবি থোকন চাকলেনে খমোহসে
ঃ ইমানদি নংবু হেমলমমু হাইরি ঐনদি ব্বারি
নহাকপ্ ডরগ অপামবদু নানিং তমমু নংন
ঐসু অঙমব মতে পাংগনি। (মাইপত ব্বা ঙাংলকপ)
ঃ- কবিগিনো যাকলব খোলজেল্সিন অমুক?
ঃ- থোং সাদব য়ারোই মসিগি মিতিন তৌগনি হাইবনি।
ঃ- থোং সাখিবন ফৈদ, লম্বি তেলল্নি।
থব্বাই খরন লুপথখ্রসনু ইরোল্নুংদ
তোরবান্দি নিংখাইখিনি, তুরেল্গি ইচেন্ হোংখিনি।
ঃ- সোনাপুর খুংগংসে মসক্ হোংলনি। ...

# তরামরি সুব

## নুংথিল্ থোংদ লাও-খোংদুন লৈ প্রেম্চান্

প্রেম্চান ঃ- হাই তাজৌ, মিদি মসক্ লোৎপনি।
ওইজ-ওইথকত ঙাওবনি। চেক্সিললু ব্রাজনি অচুম্ব।
কালা তুরেলসে মসক নাইবনি। ইসিংদি লুরি নিংথিন।
অফবদি নৎতে, মগুন্ চম্লে। (খাকন-খাকন নোকপ)

নুপি ১ ঃ- ও—। নুংঙাইতেদ বামোল ইবুংঙোসে ঙাওরেনে
মাগিনি কন্না লৈত্রব, মিসে ফৎতবদ লম য়ৌবে।

প্রেম্চান ঃ- হো ইমা কবিনো অমত পিজৌ-ও চাক লামলে।

নুপি ঃ- ও সে সে সোরাত চৎলুবনি, চেংপাকসে চারো। (পিব)

প্রেমচান ঃ- (লৌরগ চাই) নংদি মংগোল ওইযুকো।

নুপি ঃ- হোই হোই। (চৎখ্রে)

প্রেম ঃ- অফবসু লৈদি লৈরিনে খুংগংসিদ।
লুহোংব, য়াইদ মৌস্ নুপিনি লৈসাবস্ নুপিনি কৈনে
নৎতে ইমাদি সিখ্রে। (কপতুন উফুল খোৎলি)
নৎতে ঙসিদি থোং সংগাবনি মনাত্রি লৈপরেং হুকপিদেঙান
ময়াম হরাওন নোককনি। (প্রিয়া, সুচিত্রা লমবিদ লাকই)

প্রিয়া ঃ- (চেলসিলুলি) প্রেম (থমোই সোকন)

সুচিত্রা ঃ- প্রিয়া ঙাইখো, নংবু ঙাইখোনে। (ফাব)

প্রেম ঃ- নৎতে ঐবু ফুবিগনু, য়াম নাইঅব ফুবসে
নখোইন খংদবৈনি। নৎতে ঐবু সোককনু মোৎকনি।

প্রিয়া ঃ- নংগি প্রিয়াবু কাওরব্রো, হা হাইয়ুনে প্রেম।

প্রেম্ ঃ- ঙসিদি লৈকোলদসু নাতোল চাবি ঙাক্ত মঙাইরে।
কুন্দো ফংদ্রসু চে অঙৌবন সেম্ব য়াবনি।

প্রিয়া ঃ- নংগি নতৌসে ঐবু করি ওইরসিগে (ও-খোংন কপ্প)

প্রেম ঃ- য়েংঙু কালাতুরেল্সে তোরবাল্দি ঙমন নিংখাইরি,
অদুবু তুরেল্ মবুকতি হাম্জিল্লক্লে।

সুচি ঃ- প্রিয়া চৎলসি লাক্ও।

প্রিয়া ঃ – মাবু থাদোক্তুন চৎপ ঙম্খিগদ্রনে ঐবু?

সুচিত্রা ঃ – মহাক্ মিমানন্দ্রবনি, ঙাওরবনি করম্ন মাগিদমক্
(নম্দুন চিংলগ প্রিয়াবু পুখ্রে, বিস্বাম্ভোরসু লাক্ই)

প্রেম্ ঃ – নখোই চৎনরো হিংনব নখৌ পাংনরুরো অদুবু
ইতৌদি তম্লককন্নু। ঐদি নিংথৌনি সোনাপুর্ অসিগি।

বিস্বাম্ভোর ঃ – প্রেম্। (নুংঙাইত) নংসিবু কম্দৌসিগেনে।

প্রেমচান ঃ – মিগি ব্বারুনো–মসে সমাজ অসিগি মচল্নি।
মৈ ইসিং য়েক্নবগুম মখল্ মথেল্নি।

বিস্বাম্ভর ঃ – চাক চারুসির নংবু,
লাক্ও হৌগৎলো ঙা থোংবনি চৎসি।

প্রেম্ ঃ – তল্লি থোংদি কনান সংহৌনি, ঐন মপুনে মাগি।

বিস্বা ঃ – হোইনে অদো কনাসু কৈস্ তৌরমলোই।

প্রেম ঃ – হুম কাননদে, নং চৎলো, ঐ ঙাক্তা তুম্খিগে।

# তরামঙাসুব

লুহোংব হৌখ্রে ইমুংদ প্রিয়া, সুচিত্রা ব্বারি সানৈ

সুচিত্রা ঃ – 'প্রিয়া নংবু কপ্লগনুব
পুমনমক হৌখ্রসন্ মসিনি পুন্সি, উপাইসু লৈররোই।

প্রিয়া ঃ – নুংসিন, পুকনিং চংন ঐবু থেম্বিরি,
অদুবু থমোইনদি য়াদ্রি। মাবুদি থেম্জিন্ব ঙম্দে।
মিকুপ থরগি মতুংদ প্রেমচান্গ লৈনরম্ব নুংসি
মরি পুমব তৎথুগনি লমলান্ব মাগি ঙকসম্দ
কুন্দো পরেং হুকতুন সাখি ওই।
কপ্চবসিমতংদি মনিংতম্হন্বিয়ু কপ্লুবৈ কান্নব
লৈত্রবস সিনথজরসনু পিরাং (কপ্ন)

ঃ– পিয়া ঐবু করি ওইরসিগেনে(খোল্জেল্ থোক্ন কপমিন্নব)
(কৈন্যা খোক্পা মতম য়ৌরকতুন মান্দপ্ত থোকখ্রে)

ঃ– (থমোইদ)প্রেম্, নংবু থাদোকতুন চৎপা তারেদকো। (কপ্প)
ঙম্ন খাইনরা নি, নুংসিরবি খুংগং লম, ঐগি–নংগি

হৌমিন্নরক্খিব চম্লব লৈকোল্ পুম্নমক্ হুন্দোক্লম্
ৱাংজিং কৌব খুংগং লম্দুদ ---।

সুচিত্রা :- ও, (নুংঙাইতন) প্রিয়াসে পিরাং সিন্থন লৈ কোইরক্লে
মসিবু করম্ব বিধিগি নোংদম্নো? মসিবু পুন্সি
হাইদুরনে।· এ! করি মতৌনো? করম্ থোক্লগব!
প্রেম্সে মন্দির তম্ন চংসিল্লক্লে। (ফাদুন পুথোকখি)

প্রেম্চান্ :- (লাওদুনা) পুম্নমক ঙাওরে তাইবংসে।
ঐত মঙাইরে ঙাওদ্রিব।
লুহোংবৈ দান্ থাদব লাক্প ঐবু তান্থোক্লি।
নখোই ঙম্নমক্ ঙাওরে, লায়েংঙো।

অহন ১ :- ময়াম্ ঙাইখো ঙাইখো, সে সে ইবুংঙো
কবোক্ক ক্বাগসি চারো অদুগ য়ুম্দ হললোকো
হোইনে য়ারেনে হললো। (মতৌদ্ প্রিয়া উখ্রে)

প্রেম্ :- অঙাওব লৈবাক্সিদ ঙাওদব হিংদৌসি লুখ্রেদ।

প্রিয়া :- প্রেম্ নং নহাক। (খোলজেল তপন, লৈমাইদ ৱানথখ্রে)
(ময়াম্ চংদুন লাইকনৈ ময়াম্ লাংই)
(গ্যান্ লাক্ই)ঐ গ্যান্ মাংলুরব্র? (লুহোংব হাথুন
লোইসিল্লি)

সুচিত্রা :- প্রেম্দুবু (থোকলগ য়েংলুই) ও মহাক্ হন্খ্রমনে।
হোরেন্ কৈন্যা থিন্বদ থোংদ অমুক থেংনদুন।

মধুমতি :- সুচি, ইবেম নংননে প্রিয়াবু চেকসিন্ন সেন্নৌকো।

সুচি :- হোই ইমা, প্রেমদু হন্খ্রব য়েংলুবনি।

মধু :- ফরে চংলসি, কাংসুবি মতম্ ওইরনি।
(চংমিন্নরক্তুন ময়াম্ চৎনবিদ কাংসুবি পাংথোক্ই)

সুচি :- (ৱা হাইনিংন মধুমতি) ইমা নচা সিদ লৈজে।
পুম্নমক্ ফনব হোৎনজগে।

মধু :- ফরে, ইবেম, মতম্সু ওইরক্লে চৎলো-চৎলো।
(গারি থৌরক্লে থোং মপা য়ৌরক্লে)

প্রেম্চান্ :- হাই করিনো, লাল্গি ধনির, ঐগি থোংসিবু
অমুক্ কনান মুন্বিখিব তারব। (মিকপ্ থোরক্প)

সুচিত্রা :- (থমোইদ) প্রেম্সি তুম্লুবদে খংদুন হৌগৎলক্লেদন।
করি অমুক্ থোক্লগাব (গারি মথং-মথং থোং লান্খি)

প্রেম :- হাই- ! করিগিনো নখোই লোইন থোং লান্বদি
কলাতুরেল্ ইসিং চাওরব, নৎত্রগ উসোপ লৈব্রো
চাক্ য়াওব? হং ঐদি ইমাগিদমক্ লৈ -মনা অমতসু
লাইদ কৎখিব্র। ইমাদু করি ওইরিগনি।

প্রিয়া :- (প্রেম উরুই) ও- প্রেম, ঐ নংব্ থাদোক্তুন চৎলে,
নংদি থোংসিদ মিমাননদ লৈহৌরগন্দিদকো। (কপপ)
নহাক্পু মিরাইদুন চৎপদি নৎতেকো। (গারি হৌখ্রে)

প্রেমচান :- নখোই ঙমন চৎখ্রো, ঐদি লাংব পামদ্রে।
তোরবাল নিংখাইব তারিবনি ঐদি
আসা কয়া মাংখ্রগনি, পাম্বি কয়া ইরোন্নুংদ লুপখ্রগনি
হে মিওইব নখোই মিনুংসি লৈয়ুনে,
ঙসিদি সমাজসে হিংবদ য়ামন ব্ররে।

---লোইব---

# পুন্‌সিদ

য়াওরিবসিং ঃ

১। লৈবাক্‌লৈ
২। থোইবি
৩। সনাথোই
৪। কুন্‌দোরৈ
৫। তোম্‌পোক্‌
৬। চাওবল্‌

# অহান্ব

লৈবাক্লৈসু কৈথেল্ মচিমদ মনা-মসিং য়োল্লি

লৈবাক্লৈ ঃ- ব্রা, লিক্লিগি মৈনম্ কয়াগী মৈঙান্দ পোৎ য়োল্লি কয়ান লৈরি। থক্ত ঙাল্লি মপুংফাদ্রব বিজুলি মৈঙাল্ পুম্নমক্ য়ান্সিল্লি কৈথেল্ অসিদ। ঙাইখোনে- ঐগিসি পাম্ব অদুক্ য়েংখো? ওন্থোকপ মতৌনি কনাসু হন্ন য়েংলম্দ চৎখ্রেনে। মিওইপোক্সি কৈথেল্ কারক্পনি। ঐগি পুন্সি করিদ ময়াই কারিবগে। য়োল্লি খরা কনাসু লেপ্লদে ঐগি মপোক্কুম্লে।

চাওবল্ ঃ- ইবেম-- নংবু তারিব্র? ইহে লৈবাক্লৈনিনে, নংবু করিতৌরবগেনে লৈবাক্লৈ?

লৈ ঃ- হা করি, করি লৈগে হাইব?

চাও ঃ- লৈবাকলৈ নংবু?

লৈ ঃ- তাদ করি য়েংসিগে?

চাও ঃ- হোইনে মনা-মসিং খরসু য়েংগে অদু ঙাইখোনে নংবু তুম্দন মং-মংলুরব্রো?

লৈ ঃ- এ তাদ ইকাইব ব্রানি তাদ ঐসে ব্রাখল্দ ঙাওরে।

চাও ঃ- পুন্সিনি খর অদুক্ নুংঙাইথোক্উ। ঐখোইসে তাইবং কৈথেল্ কারক্লিবনিনে হন্খিবদ পুম্নমক্ থনম্গদব, কান্নদে ইবেম, নুংঙাইব হৈয়ু, ঙমদ্রবসু তম্মু।

লৈ ঃ- চুম্মিদ তাদ। তাদদি নুংঙাইরিকো?

চাও ঃ- নুংঙাইব মিবুদি কনানো, অদুবু নং তাদদিনে নুংঙাইব ঙম্লে।

লৈ ঃ- ওন্থোক্ন ফখ্রেদ তাদদি মাইপাক্লব মপোক্নি।

চাও ঃ- নহাক্কি নচা-নসুদি মফম্ অমা খংজরব্র?

লৈবাক্‌লৈ ঃ- কাইদগিনোদ তাদ।

চাওবল্‌ ঃ- নংগি ৱাসিবু লৈবাক্‌লৈ?

লৈ ঃ- ইচানুপিদু ময়ুম্‌ পাল্‌লে, ইসুনুপা অমসু য়াওরে।
অদুদ য়ুম্‌বান্‌ মরিদি চেৎথ্রিয়ে।

চাও ঃ- লৈবাক্‌লৈ পুন্‌সিসে মহাক্‌তগি ওইরম্‌লেনে।

লৈ ঃ- তাদগি ৱাসিবু?

চাও ঃ- নুংসিনবগি তাইবংনি, পুম্‌নমক্‌ মনাই ওইরম্‌লে।

লৈ ঃ- তাদগি ৱাফম্‌সি সোইদন চুম্‌গনি খন্‌থরগদি।
মসিন ৱাফম্‌ অমা ওইখ্রগ তাদগি ইচাসিংদি?

চাও ঃ- ঐগিবুদি থোইন ৱারুদ্রে।
ইচাসিং ঙম্‌ন তংদু লৈতান য়ুম্‌ পান্‌নখ্রে।
অদুবু নচেন তাইবং হেক্‌ থাদোক্‌খিব মতুংসিদদি
ঐগিসু মেন্‌সিন্‌ব ঙম্‌লরোইদ্রব অৱাৎপ অমদি লৈরে।

লৈ ঃ- ও—। (নুংঙাইতন) ইচে লৈখিদ্রবোইরেকো।

চাও ঃ- ফরে ৱারিসু নুংঙাইরি,
মরক্‌-মরক্‌ত থেংনবদ পুন্‌সিগি অৱা-নুংঙাই
ফোংদোক্‌নদুন ঙহাক্‌ অদুক্‌ পোথামিননব হাইদুনি।
ঐসু চৎলগে, অদুন --
আলু অঙাংবিদু কিলো অমগ য়োংচাক্‌ খরগ পিরো।

লৈ ঃ- হোই তাদ। (মওং) সে- সি লৌসিল্‌বিরো।

চাও ঃ- সেল্‌দি কয়া থোক্‌লে?

লৈ ঃ- কুন্‌মঙা থোক্‌পনি অদুবু কুন্‌দং থনম্‌লো।

চাও ঃ- সে— সে—।
অদুগনে লৈবাক্‌লৈ নুংঙাইব তম্‌মুকো।
মদুতন পুন্‌সিদ সান্‌তি লৈবনি। (চৎখিব)

লৈ ঃ- মিওইব নংগি পুন্‌সি ৱারি অঙক্‌পনি।
তাচাওবল্‌ ঐখোই-মখোইসি হৌমিন্‌-কামিন্‌নরক্‌খিবনি
তাচাওবল্‌ অমদি মহোই কোইব লাক্‌খি
লকাই পুখ্রি অচৌবদ তৎতন থেংনখি।

খোইদাজখি থমোইসিন তাচাওবল্বু,
অদুগ তাইওন্নব মপাও নুংসি হাইন ফোংদোরক্খি মহোইন,
ঙসিন তাম্নখ্রব ঐগি ইপুরোইব য়াইম।
ঙসিদি লাইবক্ থির থৌদোক্ অদুন ঙম্ন কাইনহল্লে।

থোইবি :- ইমা ইমা (কৌরক্প)

লৈবাক্লৈ :- এ ইবেমা, নংবু কৈথেল্ কারক্লিব্রা?

থোই :- হোই ইমা, ঐ খরসু থুরে, ইমাবু উনিংদুন চংলক্পনি।

লৈ :- নংবু সান্তি খরা লৈরব্র?

থোই :- অহোংব লৈতেদ ইমা।

লৈ :- সে মনা-মসিং খরসি পুখো। (পিব)

থোই :- ফরে ইমা নচা চৎলে। (চৎখিব)

লৈ :- ঙসিদি ইচানুপিসে মপুরোইবন থৌসাবিদ্রে,
অতোপ্প নুপিদ মিৎয়েং চংখ্রে।
ঐসু ইপুরোইবন ইন্থোক্পিখি।
থৌদোক্তু কয়াদি পেন্খিদ্রে থমোইসিদ।
সেল্গি অচিন্ব হেন্জিল্লক্তুন দিমাপুর চৎলুবনি
নুমিৎতুন ঐগি পুন্সি ময়াই চাইথখি।

দ্রাইভর :- (ফ্লাস্ বেক) হৌজিক্ কোহিমাদগি হেন্ন চংসিন্ব য়াররোই।

লৈ :- হা! কম্দৌব?

দ্রাই :- মফম্সিদ মিহাৎ মিপুন্গি ইরাং থোক্লে হাইরি।
অদুন সরকারন কারফিয়ু থম্জিন্খ্রে অদুননি।

লৈ :- কম্দৌনি, কয়াদ লাইবক্ থিরব,
মাগি দুকান্দি দিমাপুরদনি।

দ্রাই :- অদুন অহিং লেক্নব ভারা কা য়েংলো।
মাংগি চাওরব য়ুম্সি ভারা কানি।
অদুন খুদোংচাবদু লৌনহৌরো। (ময়াম্ লাংনৈ)

লৈ :- ঐদি কম্দৌনি, খন্ফম্ খংদ্রে।
করি তৌগনি?
হা ইস্বোর ঐবু নহাক্ন থৌজান্বিয়ু।

ড্রাইভর ঃ- এ, মৌনহা অমদি গারিসিদ অদুম্মক্ ফম্দুন লৈরেনে।
মথৱাই ৱানসু উই। মসক্ মতৌন নিংথিরিব
থমোইসে খোইরাং-খোইসাওনব পোক্ইদ। (চংসিন্দুন)
নংদি কৈদৌরে ময়াম্দি লোইন চংনখ্রে।

লৈবাক্লৈ ঃ- ঐ তৌফম্ খংদ্রে ইপুরোইব দিমাপুরদ ফি তুবনি।
ঐবু মতেং খর পাংবিয়ু।

ড্রাই ঃ- তান্জ অমনিন। (নাসোন্নন)

লৈ ঃ- কৈদৌরবগে তুমিন্ লৈরবদি?

ড্রাই ঃ- নহাক্ সেল্ মরাং কাইরক্ত্রবো?

লৈ ঃ- সেল্ লৌরুগে, অদুগ ৱাফম্ খরগি লাকপনি।

ড্রাই ঃ- ঐগিসু সেল্ য়াওরক্তেনে, ভরাগি মতেং পাংনবসু।
গারিসিদ লৈগে হাইব্র, মদুন নংগি ৱা তারে।
মসি মঙাই ঐগি মতেং হাইববু।

লৈ ঃ- য়ারে, উপাই অমতসু লৈত্রে, খংনব কনাসু য়াওদে।

ড্রাই ঃ- ফরে ফরে অদুদি। (অসুম্ মতম্ হৌখিব, নুমিদাংগি মতম
ওইসিল্লক্লে, ড্রাইভরন লৈবাক্লৈবু ইজৎ তেমসিংলকপ)

লৈ ঃ- ঐবু নুংসিবিয়ু, অদুম্ন খন্বিগনু।

ড্রাই ঃ- মসি নুংসিনবগি সোইফদ্রব লম্বিনি।
থমোইবু অপেন্ব নুংঙাইব ফংনবনি।

লৈ ঃ- মদু ওইথোক্প য়ারোই,
ঐদি ইচা লৈরবি, ইপুরোইবগি মরন্নি।

ড্রাই ঃ- ময়ানি, পুম্নমক্, কনাসু খংলোই ইসিংদ থাংন য়ানবনি।
পুক্নিং ওৎকন্নুসি, লম্বিসিন পুন্সিবু নৌহন্গনি।

লৈ ঃ- চংসিল্লক্কন্নু ইনাক্ত।

ড্রাই ঃ- অয়ো- । (কন্ন) ময়ান চিক্ইনে, দৎ-(কন্ন) খংব্র (ফুব)

লৈ ঃ- ইমা- (কপ্প) ঐবু থাদোক্পিয়ু। করিনো ইস্বোর মতৌসিবু।

ড্রাই ঃ- ময়াই কারব থমোইনি কনানসু থিংব ঙমলরোই।
কয়াদ থোৎলব লৈনাসিংনো, মপুং ফারব (কপ্ন লৈবাক্লৈ লৈব)। ⍈

# অনিসুব

## সনাথোই থোংগাল্ ময়াদ ইংখোল্ সুরি মচে থোইবিসু লাক্ই

সনাথোই :- ইচে-। (কৌব)

থোইবি :- সনাথোই নং থবক্ সুরম্লিব্র?

সনা :- হোই ইচে।

থোই :- য়াম্ ফৈ, সে- অচাপোৎ চাও-। (অচাপোৎ পিব)
ইমাদি লৈখিব্র?

সনা :- লৈখিবনি ইচে, ইমুংদ লৈরম্গনি।

থোই :- ইচে চংলুখিগে। নং হোৎনহৌখো। (চংখিব)

সনা :- মিওইবসি অৱাবন পিক্ থল্লি। কনাগিন লোইনবিবু থওইবিদে,
অমুক নুপিন মপুরোইববু অঙকপনি মি।

লৈবাকলৈ :- ইবেম ফমমু। (ইমুংদ)
অমুক কম্দৌরব?

থোই :- হেনজিললক্লে। ইপুরোইবনি কনাদ মিৎয়েং চোইহন্নিংদে।
পুম্নমক তাইওননরে ঐগিদি
নচা ৱাখল্ন ঙাওগদৌরি।
ঙরাং অহিংসু য়ুমদ হনজিল্লক্ত্রে।
কমাই তৌসিগে হেনজিললকপসিদ নচা থংদ্রে।

লৈ :- হেনজিন্নসু থলজিল্লুখিনু।
পুম্নক্ মাইয়োকনব তাবনি।
মসি পুনসিগি খ্বাইদগি লুরিব চয়েৎনবনি
নুপা-নুপিগি সোইফদ্রব মরিদ।
মসি করিদগি ওইরক্খি হাইবদু য়েংসিন্গদবনি।
অদৈ মাগি য়াকা য়েংন চৎপ ফৈ।
সমন নুপাগি পুক্নিং নাওকোন্বিব ঙমগদবনি।
পুক্নিং পেন্ব হাইবসিন অফবগি হৌরকফম্নি
ৱাখল্ ৱারে, ইপুরোইবন থওইবিদ্রে হাইদুন
গ্যান্ লৈত আসা মাংলবনি হাইন মোৎচুনন লৈব চুম্দে।

থোইবি :- অদুবুদি ঐসু য়ানিংই ইমা।

লৈবাক্‌লৈ ঃ- অমুক্‌সু নুপি ঐখোইদি তাংজবিনি, হাইন উবদো
অদুবু তাংজদুনত য়ারক্‌লোই মসি পুন্‌সিনি।
লাল্‌ চংলিবনি, খুদক্‌ত মাই পাক্‌প ওইদব য়াই অদুবু
মাইপাক্‌তবদি য়াদে, পোক্‌লবদি মাইপাক্‌প পুন্‌সিনি।

থোইবি ঃ- মরক্‌তসু অদুম্‌ন খল্‌লি।
অদুবু ইচাবু হয়েং পোক্‌তবিন য়োক্‌কদব মদু
খল্‌লুবদ নচা অৱাবৈ সনজিংন কোক্‌ত নন্‌থরক্‌ই।

লৈ ঃ- খন্‌ব য়াদবদুগি ৱানি
ফিরেপ্‌ লৌরবগি ৱাদি নৎত্রি।
হিংমিন্‌নবনি নুপা-নুপি পুন্‌সি কৌব লম্‌বেন্‌সিদ।
থৌদাংদি চপ্‌ মান্‌নরিবনি।
অদুবু অমন-অমগি হক্‌ সোক্‌হন্‌বদি গ্যান্‌ লৈতবনি।
মদু য়েংদুন লৈফম্‌ থোক্‌তব মতৌনি।

থোই ঃ- য়ানিংই ইমা,
তুম্‌দুন লৈরমব থৌদাং খরা ঙসিদি
ইমান মমিৎ পাংহন্‌বিরে
মসিসু পুন্‌সিদ থৌদাং চাওরিবনি।

লৈ ঃ- মান্‌নি, অমুক্‌সু য়েংসি তাইবংসিদ নুপা খুদিং
নুপিগি থৌদৌন থমোই পেল্‌লহন্‌ব ঙাক্‌তনি।
করম্‌ব নুপানবু নুপিন হাইব ইন্‌দবগে?
নং অমদি নপুরোইবগি মরক্‌ত নংগি অসোন্‌ব
খরা লৈরি। মদু চুম্‌থোক্‌প চুম্‌লি।
মমৈদ য়াদ-য়ারক্‌ত্রব মতম্‌দুদ,
মিওইবৈ লনাই ফিরেপ্‌ অমসু লাক্‌কনি।
ইমাগি ৱাসি, নং খংঙেকো।

থোই ঃ- খংজরগনি ইমা।

লৈ ঃ- চেক্‌সিল্‌লু থৌনা লৈয়ু ফরে চৎনব তৌরো।

থোই ঃ- হোই ইমা নচা চৎলগে। (চৎখিব)
ইবুংঙো ইচে চৎলে চৎলে। (হাথু হাথুন চৎখিব)

সনাথোই ঃ- ফরে ইচে।
ইচেসি চয়েৎনব অমন মসা অসি সান্তি লৈহন্দ্রে।(মতোম্ত)
করিনো অমুক্ কুন্দোরৈসিন চংলক্ইসিন।

কুনদোরৈ ঃ- লৈকাইকা-। থবক্ য়াম্ ফেকো।
য়ুম্ পান্‌ব হৈদৌ মাল্লিবো।

সনা ঃ- কুন্দোরৈ নংগি মিংগৌসিদি।

কুন্দো ঃ- কৈদৌগে লৈকাই কাকা কৌবনি।

সনা ঃ- ফরে-ফরে ইসিং সোক্লুদোই নৎত্রো?
চংলো তুরেল্দ, য়ুম্দ নংবু ঙাইনরম্লগনি।

কুনদো ঃ- মিৱা তারসু য়াইদ, ননাক্ত পল্লুবেবু।

সনা ঃ- কুন্দো নং হেন্মল্লিকো।

কুনদো ঃ- ফরে চংলগে লমহেল্লি হাইদনব নংন। (চংখিব)

# অহুমসুব

## ইরেনদ সনাথোই খোইচোপপ

সনাথোই ঃ- লৈপুরগি অমত ঙাইরব ৱাংলেন তুরেননি
খুনজাসিং হিংবৈ লম্বিদ মতেং ওইব তাংল ইবেননি
অমুক ইরেনসিদ ঙা মখল কয়া লৈরি
ময়াই কারব খোইচাক্ কয়াগি মরুম্দ মখোই লাইবক্ থিরি।
মসি মহৌসানি হিংলিব তাইবংসিগি। (কুনদোরৈ লাক্ই)

কুনদো ঃ- লৈকাইকা- .নংবু তারবো কৌজরিয়ে।
খোই চোপলগ উংলদি ঙান চেন্দুন ইরৈদ তাজনি।
মি উহৌদ্রব অসিব কৌব মঙোনদ ওংর্জনি।

সনা ঃ- কুন্দো। (গ্যান্ লাক্প)
ঙাইখোনে নংবু ইরাং লাংগনু
মহৌসা লাইরেম্বিসে সননরুপ্ ফিজোল্ হোংলক্লবনি।

কুনদোরৈ ঃ- নংবু ঙাওদৌরিব্রো, য়েংঙোই।
কোরৌন মরাই চাইথরক্ মালংন লিরি হুম্লক্প
উচেক্কি নু্সিব সৈহেক্ কোরৌন তারম্দাই সনালুপ্লক্প
মতম্সিদবু করম্ব পাখং লৈসাবিন থমোই নুংওন্লোইদগে?

সনাথোই ঃ- ইস্—, নংন মরোল্ অমা ঐন সোম্দ।

কুন্দোরৈ ঃ- খংদে, খংদেকো পুম্নমক্ অরেম্বনি।
লৈপুরগি য়াম্লব লৈনম্ মালংবন য়েল্লি।
ঐখোই ৱাংলেন্ তুরেল্সিন অমুক্ খুল্ কয়া লান্ন পুখি।
খুৎন তৌজব গুহা মচাসিংদ লাক্লি ইসিং সোক্প
মথোৎ কারক্পি লৈসাবি কয়ান ফিজেৎ লু-হেন্ন
পুম্নমক্সি উরুবদ কনানো খোইরাংলোইদব
নুং ওল্লব্র নংগিদ্দি হাইয়ু, ঐঙোন্দ পাওদম্মু অসেংব।

সনা ঃ- তৌবগিদি চুম্মি, পুন্সি লম্বিদনি খেনব ৱাখল্সিং,
ঐন ঙাওরি মিন মিবু ওৎপ অমন অমবু ললোন্ব
মসিগি ৱাখল্দ লেপ্তন।
নংন মহৌসা লাইরেম্বিগি ফজবদ ঙাওরি, যাই অনিমক

কুনদো ঃ- অদো হৌজিকপু ৱাখল্ মাননদ্রি হল্লুখে' হাইদৌরিব্রো'

সনা ঃ- মদুমক্তি হাইরোইদ ঐসু।

কুন্দো ঃ- হাইরক্লবসু ঐন য়ারোইদব।
য়েংউ, খুংগংসিগি লৈগি মনিল মালেমন খংলবনি।
মসিদ থমোইদো চাওথোক্চংদি হাইদন উংলিনে খান।

সনা ঃ- য়াই মদুদি, ঐসু লৈপুর মচানিদন।
তৌবগিবুদি লম্দম্সে ইস্বোরন থাবনি।
উরে কয়া,উতাংবি কয়া,সিংঙেল্,ইসিং লৈরাং থাবন ৱাৎপনি।
করিবু ৱাৎলিবগে, হে তাইবং মপু নংগি খুসেম্।
অঙকপনি নংগি নগুন্।

কুন্দো ঃ- ফরে-. ৱা অমা হাইগেনে।

সনা ঃ- য়াম্ন হাইরবসু য়াইদ।

কুন্দো ঃ- ৱাতাদি। (পুন্ন নোক্মিন্নৈ)

সনা ঃ- ফরে হাইরোনে তারসি।

কুন্দো ঃ- ইবানিসে মিন য়াম্ ঙাংনরে।

সনা ঃ- এ অদুদি মিগি ৱানিদন, নংগি ওইরবোই খল্লুই।

কুন্‌দোরৈ ঃ- ব্রাফম্‌ন ঐখোই অনিগিনি খংলবো।

সনাথোই ঃ- ফরেসে, কোক্‌ হেক্‌ হাইরো।

কুন্‌দো ঃ- মোৎতিন্‌নন নুংসিনৈ, মখোইগি মতৌ তম্‌জৌনে অসিনি।

সনা ঃ- (নোক্‌প খাংন) ওন্‌থোক্‌প ব্রাবু লিনরিবোইরে।

কুন্‌দো ঃ- অদো, করি খল্‌লিগে?

সনা ঃ- করিবু খনলুনি, অকিব কাইনবৈ মদুতনি।

কুন্‌দো ঃ- করিগি কাইনব ঙম্‌লোই ঐ।

সনা ঃ- মিখুৎ চংলব নোংদম্‌বৈ পন্‌থুং অদুনি।

কুন্‌দো ঃ- নংগিনে নুপি মান্‌ব সোন্‌থরক্‌প অদু তৌগনু।
মদু ঐদি থমোইন পেন্‌ব ঙম্‌দে।

সনা ঃ- খল্‌লুনে মিওইবৈ থমোইদ চুসিন্‌খ্রব মচুনি।
লাইর-ইনাক্‌খুন্‌বৈ চয়েৎনব চুম্‌থোক্‌প ঙম্‌লরোইদব ব্রাফম্‌দু।
নুংসিবদি অসেংবনি অদুবু কাইনবন মাংদ লেপ্‌লিব?

কুন্‌দো ঃ- মসিদ সিংনব, অসেংবদু পুথোক্‌প চংই।

সনা ঃ- নং খংলব্র অথিংব অমা সেম্‌লিবসে।

কুন্‌দো ঃ- মদুদি ঐ খংদে।

সনা ঃ- মদু ঐ হাইগে তাও।
নুংসিবন পোক্‌পনি, মচা ওইববু ব্রাহন্‌নিংদবন
মসিদ অরান্‌ব পুথোক্‌প ব্রাগনি য়েংঙু।

কুন্‌দো ঃ- হিংমিন্‌নব মসিদগি অথোইব লৈব্রনে?
মসি পুম্‌নমক্‌ ফরব লমবিনি।

সনা ঃ- উতোং অহোবনি ঙসিদি হিংমিন্‌নবগি অথোইব পুক্‌চেল্‌।
ময়াম্‌ খংলবসু মসাগি খন্‌দুন কাওনখ্রে মসিমদি।

কুন্‌দো ঃ- ফরে হল্‌লসি নুমিৎ তাখিদৌরে।

----- 0 -----

# মরিসুব

## তোম্পোক্ মাংগোল্দ খবর পাব

তোম্পোক্ ঃ- ইস্- ওন্থোক্প পাওনিদকো।
থোইবি ইসিং গ্লাস্ অমত থুন পুরক্উ।
পাউসি অমুক্ত পাখিগে-
"মচা ওইবগি ৱাকৎ"
ঐখোই ইমা ললিতা হৌখিব ১।০৪।০৪ দা
বাবা অমদি ইনাও ঐখোই অহম্বু হুন্দোক্লম্
মুস্লিম্ নুপা অমদ চেনখ্রে। মসিদ বাবা অমসুং
ইমাগি পুন্সি মরিদ য়েংলুদ্রবসু মচা অনিগি
য়েংদুন অসিগুম্ব লম্চৎসি চৎলুবগিদমক্
অচুম্ব পাম্ব ইবুং-ইপ্পাসিংন পারা তম্বিয়ু
ঙসি মমা য়াওদন হিংলিব ঐখোইগি লাইবক্
করিনো? মযাম্বু নোল্লুক্চরি।

ৱাকৎচরিব ঃ
সুনিতা নিংঙোমবম

ফনবু নুংঙাইরিয়ে। (মসাগি দাইলোক)
মসি নুপিসিদি য়াম্ ফৎতবিনি।
হৌজিক্ ফাও পুরকতেনে, পাও অমা পাব লোইরবনি।

থোইবি ঃ- তামো ইসিং পুজরক্লে।
তোম্ ঃ- কদাই- (সাওন)
থোই ঃ- সিদ- (লৌখিব)
তোম্ ঃ- খৎত্র? (মমাইদ হৈজিন্খিব)
নাতে চাদবি, নসকতু য়েংনিংদে।
থোই ঃ- করিনো তৌবিরিবসিবো (সাওনিংন)
নুপিনি ঙম্মি হাইরিরো, নুপিসু মিনি সাওব হৈ।
তোম্ ঃ- নরান্গি মতিক্ চাবনি, মখা তারক্কনু চৈ লৈ।
নুপাবু সাওহন্ব, মদুন নঙোন্দ তোংজব লৈরোই।
থোই ঃ- ঐগি করম্ব ইরাল্, নহাক্ন অমুক্ সাওরিব?

তোম্পোক্ ঃ- লাইসু খংদবি, নং খংলোই করিগি সাওরিব।
নপুরোইববু মনিং থুংহন্দব মদুন নংগি নরান্নি।

থোইবি ঃ- ইসিং চোন্থন পুরক্ইসে, ইমুংদ থবক্ তৌরুবননি।
ঐসিবু নহাক্কি কনানো, খরা য়েংনদ্রগদি কম্দৌনি।
হিংনবগি পুন্সি লম্বিসি করম্ন চৎমিন্নগনি।

তোম্ ঃ- নং-ঐ লৈমিন্নরক্প, ঙসিদি ইচা লৈরবনি।
মসিদ নংন ঐবু করিগুম্বদ পেল্হন্ব ঙম্লব্রা?

থোই ঃ- ঐবু য়াংনসু লৌবিগনু।
মিওইব কনাবু কনান মনিং থুংহন্ব ঙম্বগে?
জগৎকি মপু ফাওবন মিওইববু মনিং থুংহন্ব ঙম্খিদে।
মদুদি নহাক্কি চাওথোক্ফম্ থোক্তব নয়াইনি।

তোম্ ঃ- মমাই মচানিন হৈরেনে ঙাংব সক্পদি।
য়াম্নসু গুরু সারক্কনু মদো ঐগি অসাওবিনি।
পুম্নমক্ মসক্ খংলব তোম্পোক্তদি অরেম্বনি।

থোই ঃ- ব্রারিসিদ মি পক্পিগনু, সিৎত্র লৈতব মিবু কনানো?

তোম্ ঃ- লৈ, অদুবু নখোই ইমুংদদি,
ননাও নুপা সনাথোই পোক্লক্প হাক্তক্তনি
নপা ইবুংঙোন লংফৈদ নুপি থিদুনা লৈখিব।
ঙসি ফাওবদ খোংগুন্ তারক্খিদ্রেদন।

থোই ঃ- ঐখোই ইমুংগি চরিত্র লিরুবগি কান্নব করিনো
নহাক্কিসু লোইন খংই, হাইরুবৈ কান্নব করিনো?

তোম্ ঃ- ঐগি করি, নরোন্ সেংউ।
নত্রবদি ঙসি ফজরোই নং।

থোই ঃ- মদুদি ঐগি অনিংবনি, নংসু চেল্লক্প নৎত্রা?

তোম্ ঃ- করি, লম্কেৎপি (ফুব)

থোই ঃ- ফু, নখুৎ পেন্নব, ঐদি নংগি নুপিনি।
নংন পাম্ব খুদিং য়ারব মিসক্নি।

তোম্পোক্ ঃ- ঙাংব ফনুকো সিদুন তোক্কনি।
থোইবি ঃ- অসুক্ ৱান ইপুরোইবগি মিনুংসি অমতসু
ফংদন হিংলুদৌ সরুক্ সিখিবন হেন্ন ফৈ।
ফুবিয়ু নখুৎমক্ন সিনব ঐবু, মদুন ননাই নুবিগি
মতিক্ চারব দন্দিনি, খুদোল্সিন সর্গ পাংজখ্রগে।
তোম্ ঃ- মসি নুপিসে মহানি
ঙাংথোরক্প খুদিং থমোইসিদ তাসোন্ন থিল্লিনে।
থোই ঃ- ঐসু খংই মিনি,
নহাক্ন ঐবু পাম্বিদ্রে হাইব
ঙসি ইসিংগি থৌদোক্সে ময়াই য়াম্ন চাওই
মমাংদ ওম্দুন থনম্ব মৈদু মৈরি ওইন চাক্লক্পনি।
ইচাগিদমক্ খন্দুন অৱাব কয়া থাংলক্পনি।
ঙসিদি নংগি নতৌ অসিন পুম্নমক্ মাংহন্খ্রে।
হাইরো নংগি অপাম্ব. য়ারে ঙসিদি ঐসু।
তোম্ ঃ- ঐগি অপাম্ব নংন থুংহন্ব ঙম্দে
মসিদ নংন অপাম্বদু পাংথোক্উ।
মতাংসিদ করিসু হাইররোই ঐ।
থোই ঃ- নহাক্সে ঐগিদি ইস্বোরনি, পুম্নমক্নি।
নহাক্কি ৱাহে অমখক্ন পুম্নমক্ লোইহল্লে।
মসিদ পুমনমক্ ময়েক্ সেংহল্লে।
মসিদ অমুক্ অনুতাপ্ তৌফম্ থোক্তে,
ঙসিদি চৎলগনি ঐ, নংগি ননিং থুংনব
নংগি মিৎয়েংগি ৱাংমদ।
তোম্ ঃ- (তপ্ন) নহাক্কি ফিরেপ্ত ঐ থিংলোই,
মদু নংগি নিং-তম্বনি
থোইবি ঃ- ইচা থোইবুদি পোক্তবিগি সরৈদ
মিৎলুদ পিরাং সিন্থহন্বিগনু।
মসিমসু তাবিখো মতিক্ চদ্রবি ঐসে
মতম্ অমদ নিংসিংলক্তব ঙম্ব ওইয়ুকো।(চৎখিব)

# মঙাসুব

## মাংগোন্দ মনা-মসিং সেম্ সাই

লৈবাক্লৈ ঃ- থৌদোক্তুগি অহিংদো কয়াদ ৱাজখিব।
ঐ করি তৌনি। (ফ্লাস্ বেক)
লম্চৎ নাইদবি অমদি ঐ ওইখিব্র?
মসিদ ইপুরোইবনদি খেনন লৌখিগদ্র?
হে নুপা ওইব নখোইবু, সা ওল্লব্রনে।
নুপি ওইবিসিংগি চিরব তান্জতবু ঙাইরিব্রা?
লংজা-ক্বাক্কি থমোই ওল্লব্র নখোইবু?
ঐবু ইপুরোইবদ তাক্থোক্লসিরনে মদুগি মহৈন করি,
ঐ ঙাওরে, সোল্লব থমোইসি মৈ হৌন চাক্লে।
মতাংসিদ কনাগবু অমুক্ তান্নরুগনি।
খোংচৎ অসি চৎলমদ্রবদি, কারফিয়ু ওইরমদ্রবদি
ঐন লম্হেন্বি ওইন চৎলুবদি নৎতে।
ইমুংগি লৈত-লাইর হেন্জিল্লক্তুন উপাইগিদমক চৎলুবনি।
থা অমুক লেপ্লক্লগন করি, (হুমাং অনপ্পি কাব্)

সনাথোই ঃ- ইমা- (কৌব্) ইমা তারবো?
করিনো মনা-মসিং লোইসিল্বদবু
মাই-মিৎতু হুমাংন য়াদ্রে।

লে ঃ- ইবুংঙো ইমাদি ৱাখল্ অমা তৌরুরেদন।
ফরে নং য়ুম্দৈ চৎথোক্কনু।
ইমা কৈথেল্ চৎনব তৌরগে। (ইমুং চংখিব্)

সনা ঃ- কান্নদে নুমিৎ তারক্কদৌরে,
তোরবাল্ লৈকোল্দ চৎলুখিগে (চৎখিব্)

লৈ ঃ- ইবেম নং ইম' লোইসিললু। (থোইবি চংলক্প)
ঐ চৎলুখিগে। (মমা ইমুংদৈ থোক্প, অদুগ চৎখিব্)

সনাথোই :- ৱা! মহৌসা লাইরেম্বিসে লম্য়ৌন নিংথিজরে।
মালংবন হুম্লি ৱিতুগি লৈনম্, সনারুপ্গি মচুসিদি
থমোইসে মিপাইরে, হৈরাং-লৈরাং য়েংবসিদ।
কুন্দোরৈ :- ঙসিদি নুপাম খংহল্গে খংগনি।
করিনো মান লৈনাসিং য়েংদুন উংলিবসিন।
দাং- (কন্ন লাওদুন খংহল্ব)
সনা :- কনানো? (খংন)
কুন্দো :- নুপানবু অদুক্ খংগন্ব।
সনা :- ঐসু মিনিনে ইবেম।
কুন্দো :- করি থিরিনো? লৈনাসিং চেপ্থ-চেপ্থ য়েংলিবু।
সনা :- য়েংউনে নংসু মহৌসা লাইরেম্বিসে মতা অমওইরে।
মদুনি ঐঙোন্দসু ফাওরিব ইথিল্।
কুন্দো :- চুম্মে ঙসিদি লম্ য়ৌন নিংথিরে।
মহৌসা লাইরেম্বিসে পুক্নিংবু সুম্দুন লৈতাহনদ্রে।
সনা :- লাওনে নংসু ইনাক্ত, লৈনাগুম্ থমোই হুরয়ো।
কুন্দো :- করি মতৌনো সিদি?
করি তৌরবগে, ঐঙোন্দ চিংন য়েংদুন লৈরবদি।
হা হাইয়ুনে ইসান ইসাবু চিংনব পোক্লে।
সনা :- মদু নৎতে, চিংনব পুম্ব থাদোক্লো,
নংগি মথোৎ কারক্লবি থোৎন মপুং ফারবি হক্চাংদ
লৈনমন চুরব অদৈ পাথরক্প লৈনম্ন থমোইবু পুখ্রে।
নুংসিগি ইথক্ন নহাক্কি লৈনম্ মোল্ল লৈনারক্ত
মিকুপ্ খরদং পোথানিংলে।
কুন্দো :- নুংসিন কনা নৎতে খল্ ঙাক্পিয়ু ঐবু,
লৈপুল্ ওইদ্রিঙৈ পোম্সাৎনবি লৈওন্সে
করম্ন য়াংন সিন্নরসিগে, মসিতদি তাক্পিগনু
মসিন নুপি ওইবিসিংগি পুন্সিদ মরেপ্ তাল্লিবনি।

সনাখোই ঃ- মতাংসিদি নখোইদ চংজব নৎতন
করিবু উপাই লৈরুখিনি নুপা ওইব মপোক্ত।
মসি মহৌসানি তাইবংদ চৎনরিব
মসি নুংসিগি থৱাইনি. অপাম্বৈ ময়াইনি।

কুন্দোরৈ ঃ- ঙম্ন চুম্দুনসু পুক্নিংবু ফাথবিয়্।
হয়েং লুহোংবৈ তাংলব অহিংদ.
নিংথি-লৈতেংবন থল্লব লৈনম্ চেল্লব কাদুদ
নুংসি নফম্দ থৱাই হক্চাং অনিমক্ সিন্নজগে।
ঙসিগি মিকুপ্সিগিদি ঐবু নুংসি হৈতে তাক্পিগনু
য়ামন লুথন থল্বিয় ঐব্ হেন্ন নুংসিরক্কনি।

সনা ঃ- নহাক্কি ৱাহে অমন থমোইবু
ইকাইব পোক্হল্লি. গ্যান্ ৱাংলুবৈ অঙাংগুম.
অদুবু থমোইদ হৌরক্লিব ইথক্ অসিনদি
চনখো হাইব য়াদ্রেনে মিকুপ্সিদ, কুন্দোরৈ।

কুন্দো ঃ- মিওইবদি পুক্নিং ইথিল্ন থৌরি পুন্ চিংলিবনি
মসিগি ফল কারিগুমবদ কনাদসু হংলুব য়ারোই
পুক্নিং খেম্জিনবিয়ু তুংগি থল্বিদুন।
অতোপ্প ৱাখল্ অমদ পুক্নিং চংবিয়ু।

সনা ঃ- লম্বি হাইববু. নহাক্ চৎখ্রো
ময়াই কারব মফম্সি থাদোকতুন মসিন মাইপাক্কনি
কামগি ৱাখল্ লাক্হল্লিব পোৎসকতুন মিয়েংদে
নাথেগ্রবদ পুম্নমক ময়াই চম্লক্কনি।

কুন্দো ঃ- ফরে ঐ চৎলগে ঙসিগিদি
নহাক্ ঐবুদি ৱারৌগন্ মসি তৌফম থোক্পনি।
পুন্সিদ ফিরেপ্ অমগি, পুনসি লম্বিদ সান্তিগি.

সনা ঃ- চুম্মি নহাক্ লৌসিং লৈবিনি।
চৎলো, নহাক্পু ঐন লান্ন লৌদে।

কুন্‌দোরৈ ঃ- ঐ চৎলেকো। (চৎখিব)

সনা ঃ- পুন্‌সিদ লৈহিগি ইথিল্ লোইনাইদব মসিগিদমক্
অদুবু ইদি ইকাইখ্রেদ
মসিদ ঐতগি ইরাল্‌দি নৎতে, মহৌসাগি মরান্‌নি,
ফরে মান চৎখিব মসিন খ্বাইদৈ ফরবনি।

## তরক্‌সুব

### নুংথিল্ পোবোপ্‌ত থোইবি ফমুংদ হিপ্‌লি

থোইবি ঃ- নুমিৎতো কয়াদি পেন্‌খিদে।
নুপি ওইবি তোল্‌লিদকো, পুক্‌নিংগি য়াব্রা অমত
ইনিং তৌন ফোংদোক্‌প ঙম্‌জদে। (ফ্লাস্ বেক্, অহিংনি)
নুমিদাংগি পুং তরামখাই তারফাও হল্‌লকতব,
মাবু সক্‌হেন্‌বি কনাগিদ লমদনখ্রবনো?
খম্‌বল্‌বন থমোই অসে ইথক ইপোম নাইহললে।
ঐসিবু মহাক্‌ন সুক্‌য়েংমক্ য়েংবিনিংদ্রবজাৎলা?
খোইজি-খাগি অরাম্ খৌগংলব ইহুন্‌ন নিংতমলি,
আসাদ হক্‌চাংসে হুমাং-অনপ্‌পি কাহল্‌লে।
হে পুন্‌সি নংসে মাগি মনাইনিদকো।
পুম্‌নমক্ মাগি মসক্ থোক্‌নব হোৎনরিব ঙাক্‌নি।
লাল্ মাসু মাগি ইরৈদনি, হে পুক্‌নিংগি ইহুল্
নংবু অতোপ্‌প কনান লাক্‌সিন্‌ব ঙম্‌গনি।
নংগি ময়াইদ কনান পুন্‌সি লৈখা তাখি।
অমন মাইপাক্‌খি, কয়াসুনি (থোং থিল্‌লক্‌প)

তোম্‌পোক্ ঃ- থোং হাংঙোহে (থিল্‌লক্‌প)

থোই ঃ- এ লাক্‌তি লাক্‌অমানে (ইখৎ-খৎন)
হাংলগে-হাংলগে (মওং)

তোম্‌পোক্ ঃ- তুম্‌লম্‌দ্রি অঙাংদি তুম্‌খ্রব?

থোইবি ঃ- হোই অঙাংদি তুম্‌খ্রে। (মসা ইরাং হৌন)
চাক্ সোম্‌দ লৈজরে, চাথোক্‌পিরো।

তোম্ ঃ- চাররোই। ঐ তুম্‌নিংলে (ফমুংদ কাখিৎখিব)

থোই ঃ- চরা হেললবদি হক্‌চাং সোক্‌কনি (কাংখল্ থাদব)

তোম্ ঃ- ফরে নহাক্‌সু পোথারুরো।
ঐ ঙসিসে হক্‌চাং য়াম্‌ন চোক্‌থে তুম্‌নব তৌরগে।

থোই ঃ- কনাগিদ অসুক্ থেংলফাও, ঙন্‌ন হন্‌বিরক্‌লবদি।

তোম্ ঃ- করিগিনো?

থোই ঃ- ঐসে নহাক্‌কিদি লোইনবিনি।

তোম্ ঃ- হেন্‌নসু ৱারুগনু, ঐসে নুপানি?

থোই ঃ- মদু মরম্ চাফম্ থোক্‌তব ৱাফম্‌নি।
ঐ নহানি নংগি খোংলোইনি।
অৱা-নুঙাই খুদিং ঐগিসু সরুক্ য়াওরিবনি।

তোম্ ঃ- ফরে ঐ তুম্‌লগে, হা.........। (হিপ্‌থাখিব)

থোই ঃ- থেংলফাও তুম্‌দন নহাকপু ঙাইজরম্‌ব,
ঐন করি খল্‌লিব, পুন্‌সিগি অর্‌থসু খংদব,
ঐ পেন্‌দে ঐসে নহাক্‌কি নুপিনি হাইবদ
পুন্‌সিদ ময়াইসু চম্‌হন্‌ব ঐ সুক্‌পেন্ পেন্‌দে।

তোম্ ঃ- হো য়ারে, ঐদি পুম্‌নমক্
লৈহি-লৈনম্ থক্‌পদ খ্বাওবুম্ পাথোক্‌লে।
য়ারে নহাক্‌তি নুপিনি, চেক্‌সিল্‌লু।

থোই ঃ- মসিবু ঐতগি ইরাল্‌লনে তাইবংগি হৌনসানি।

লৈবাক্‌লৈ ঃ- ইবেম -, (কন্‌ন) তারবো নংবুনে।

থোই ঃ- হা ! করি ইমা, ঐদি তুম্‌দন মং-মংলুরেদন (খংব)

লৈ ঃ- ফরে অর্‌থ লৈতব, তুম্‌দব মংদি অফব নৎতে।

থোই ঃ- নচা গ্যান্ তাজরে।

লৈ ঃ- সে তাও ৱারি অমা তম্‌গে।
মসিদ হেন্‌ন ৱাসিন্‌বসু অচুম্‌ব ওইরোই।

থোইবি ঃ- ইমা-।

লৈবাক্লৈ ঃ- তোম্পোক্তু নুপি থিখিবৈ ৱা তাখ্রেদন?

থোই ঃ- উম্ ফন কুইখ্রবদাই।

লৈ ঃ- চহি অহুম্-মরিসিদ ইমুংদু য়ুম্ ওইন পান্দ্রেনে।
মপাম্দ থৈবগ খোৎপগ মওং তাদ্রেয়ে
তোম্পোক্তু মসাসু ঙম্দ্রমাল্লে।
মিনদি এদস্ ওইরিনি চিংনৈ হাইরিমাল্লে।

থোই ঃ- মরান্গি মহৈ চাজব হাইদুনি, অদুবু নুংঙাইতে

লৈ ঃ- নুপিদু মপান্সু থোক্লমাল্লে।

থোই ঃ- ইস্ মদুমদি য়াম্ন চুম্দবনি।

লৈ ঃ- লৈবাক্সি য়াম্ন হোংলে।
ঐখোইগি মতম্দদি নুপিন লম হেন্নদবনি।
নুপাসিংনত নুপিবু লাইন লৌবগি ৱানি।

থোই ঃ- তৌববুদি নুপাসু নুপিসু মি ঙাক্তনিদো।
ৱাসনুদ মহাক্ন মতম্ অমদ ঐবু ওৎখিবদো।
ইস্বোরদি লৈতব নৎতে তোল্লবসিংগিসু।

লৈ ঃ- ইমাদি ইসুদু য়ুম্দুদ থম্নিংদ্রবনি।

থোই ঃ- ইমা (থমোই নৌন)

লৈ ঃ- ইমুংদু য়ুম্ ওইন পাল্লরোইদবনি।
ইমুংদুদ অঙাংদু থম্ব মসিদ পাপ্কি ৱাফম্ লাক্কনি।

থোই ঃ- মচাদি মপাগি হক্নি অমুক্
য়ারক্লোই ইমা, ঐসু ইচাবুদি নুংসি।
সেৎতুন লংজাগুম্ নুংসি হৈতন মুন্বিহৌবনি।

লৈ ঃ- নোংম ঐ চৎতুন য়েংলুগে।

থোই ঃ- ইমা চৎপিরুগনুদ।

লৈ ঃ- মদু য়ারোইনে নহাক্ অঙাংদুগি মমানি,
নংগিসু চাওন হক্ লৈ।

থোইবি ঃ- ইমা নচা গ্যান্ তাসিল্লক্ত্রে।
থমোইসিদ অব্রাবগি ইথক্-ইরৈ অমা ইনোৎ কারক্লি।
তাম্খুব মাগি ব্রাখল্ খল্লরোই খল্লুরবনি, ঙম্লক্ত্রে।
ঙসিদি চৈনা অমগ থমোইসিদ তাররে।
মিনুংসি অমসু ফাওরক্লি।

লৈব্যাক্লৈ ঃ- ফন ওইদুনসু, পুক্নিংবু ফাজিন্গদবনি।
ফরে--, ইমা কৈথেল্ মতম্ য়ৌরে।
নং অব্রাব ব্রাখল্ খল্গনুকো। (কৈথেল্ কাখিব)

থোই ঃ- ঙসিদি নহাক্ নরাইবক্ থিরব, অমুক্
নুংসি লোইনবিনসু থওইবিদ্রব,
মিওইব নং চেক্সিন্গদবনি।

# তরেৎসুব

## মমা-মচা ৱারি সানাব তান্নব

লৈবাক্লৈ ঃ- ইবেম, করিনো অদুক্ সাওন?
ইমান নংবু লৈকাই কোইগনু হাইখিবদাইনে।

থোইবি ঃ- কুন্দোরৈ মমান হাইরক্লিবনি,

লৈ ঃ- হোইনে, পুক্নিং লাক্সিন্ব তম্মুনে,
মদুতন পুন্সিদ মাইপাক্প পুরক্কনি।

থোই ঃ- করিগিনোনে ইনাক্-খুন্বন লাইরব ঐখোইবু
অসুক্ তম্থিন ওৎপিরিব। থাংব ৱারে ঐখোই।
ঐঙোন্দবু "ইচানুপি ইম্ফাল্দ থাজখ্রনি, অদুন
ইচাগি মবুক্নিং হোংনব, নৌপ্পাবু মতেং পাংহন্বিয়ু,
কনা নৎতে, হাইবনি লৈকাইনিদো।"
ও-- লাইরব নহাক্কি নরাইবক্ ফজফম্ লৈতেদকো।

লৈ ঃ- অদুই ওইরে, ওন্থোক্প ইচানিদকো নংসে
বেভারগি থৌরব ৱাহৈসিংদুন থমোইসিদ তাসোন্
ওইররেনে। করিদি উপাই লৈরি?
লাইরবনি ঐখোই থৌনা হাইবদু য়াওদ্রব
ইদোম্ ৱান থাংজব তাবনি।
মপোক্সিন লাইবক্ থিরবনি।

থোই ঃ- ইমা ঐখোই সিংনব মুক্নব অমদি চংই, নৎত্রগদি
পুন্সিসে উন্গি মতৌগুম্ন মৈসলক্ত মাংখিব তারে।

লৈ ঃ- চুম্মি, অদুবু মতম্ চাদ্রি ঙাংথোক্লুব য়াদ্রি।
ঙাইখিব তারি, য়েংসি ইনাক্খুন্ব মপাল্ থাদবনি।

থোই ঃ- ইমা অদুবু হৌজিক্ ইবুংঙোদ করম্ন হাইরুগনি।
মতাংসিদ মাদি লান্জদবনি, অঙাংনি সাওখ্রবদি

লৈ ঃ- লান্দে হাইদুন করি তোংজব
অসিব সন্গি মনাক্ত লেপ্লুবদি অৱাব খরা
নংজব হাইবসি হৌনসানি।

থোইবি ঃ- মসির লাইরবগি পন্থুং লেংলুব য়াদব,
লাইবক্ত তাইনব থমোইনদি য়ানিংদন।

লৈবাক্লৈ ঃ- খাংগদবনি লাইরবদি, মিন খজাইদ খুবাক্ন
থারসু, পোল্গি চেক্লা অমগুম তুমিন্ য়েংদুন।

থোই ঃ- বাবাতং লৈজরম্লবদি য়ুম্সিদ ময়াম্নসু
বেভার্ খরত ওইরসু উৎপিগদবনি

লৈ ঃ- ইচান নং বাবা পল্লক্পদ ইমাগি থমোইদ
খাংঙম্দব চৈনা অমন ইপাককুম্ লাক্সিল্লক্ই।
মহাক্ থমোই কল্মন্খি।
থোক্খিব তৌদোক্তুন নৌপ্পান তাইবং ফাওরক্প মিকুপ্
ইমাগি কোক্থক্ত তাইবংগি সনজিং নন্থরক্খি।
মসিদ লাল্লিবসিবু কনানো? থৌদৌসিন নপান
ইমাবু ইন্থোক্পিখি ঙসি ফাওব।

থোই ঃ- মতম্দুদ দোক্তরগি খুদোং চাবগদি লৈখিদব্র?

লৈ ঃ- খুংগংগ ওইবনে অমতসু ফংখিদে।

থোই ঃ- মিওইবদি অরোন্-অথুপ্ লৈব হৌনসানি।

লৈ ঃ- চিংনব অদুন মা ঐগি মরিদি
অদুমক্ কক্থৎপিখ্রে। ব্রারিসে লেপ্লসি।
ফরে ইবেম নৌপ্পাগি দাইন নংগিনি।
ইমাদি কৈথেল্গি মতম্ য়ৌসিল্লক্লে চৎনব তৌরগে।
কৈথেল্সি ঐখোইগিদি থব্রাইনিনে।
অমুক্সু মিওইবসে তাইবং কৈথেল্ কারক্লিবনি,
মসি ঐখোই কাওব লান্গনি। ঐখোই মতম্বু
খংন চৎপ চুম্গনি, পুম্নমক্ মঙোন্দনি।
ফরে ইমা চৎনব তৌরগে। (ইমুং চংখিব)

থোই ঃ- হোই ইমা। এ ফরেদ ইবুংঙোসু হল্লক্লে।
সনাথোই ঙসিদি ইচেগ ব্রাফম্ অমা তান্নসি।

সনাথোই ঃ- ইচে করম্ব ব্রানোনে?

থোই ঃ- অরুব ব্রাবুদি নৎতে। অদো ইমুংদ চংলসি লাক্ও।

সনাথোই ঃ- হোই ইচে (ইমুং চংখিব)

থোইবি ঃ- ব্রাফম্‌সিদ নং নিংঙম্‌দব, সাওনিংব পোকলক্‌কনি।
থমোই মাদি মনিং তম্‌বনি থমোইবু লাক্‌সিন্‌ব তম্‌মু।

সনা ঃ- চুম্‌মি ইচে, ব্রাফম্‌দো ময়েক্‌ সেংহন্‌বিয়ু।

থোই ঃ- কুন্‌দোরৈ ইম্‌ফালদ থাজখ্রনি,
অদুন মচানুপিগি য়াকাদ ঙাইরে, মসিদ ঐখোইবু
মরুওইন নহাক্‌পু লৈকাইনি কনা নৎতে মতেং পাংবিয়ু
মহাক্‌ন য়াইফখিবদ লৈকাইগি সরুক্‌ য়াওরিবনি,
ব্রাফম্‌সি লম্‌বিদ মমান লুন সিন্‌নরকপনি।

সনা ঃ- ও মদুদি মখোইগি মথৌনি।
অমুক্‌ ঐখোইবু চেন্‌নরি, লাইরবসু মিনিনে।
মখোই ইনাক্‌-খুল্‌লে, খুৎলিংলে অসিনিনে।

থোইবি ঃ- ইচেগি ইবুংঙো নহাক্‌ সাওব য়াদে, মতাংসু চাদে
অমুক্‌ নহাাক্‌ মপুং ফাদ্রিব অঙাংসু নৎত্রবনি।
কয়ারক্‌ উখ্র-তাখ্রবনি অসাওব মাগি মঁহে।

সনা ঃ- মখোইগি মচানি মখোইগিনি, অদুগ ঐঙোনদ করি।

থোই ঃ- কুন্‌দোরৈদু মমা-মপাগি মাই য়েংদ্রমাললে।

সনা ঃ- ঐবু মচানুপিদ লুহোংব য়ানব থেম্‌মু অসিনিনে।

থোই ঃ- ফরে সনাথোই, নহাক্‌পু করি খল্‌লিবগে?

সনা ঃ- ঐবু করি খুম্‌মুগে ইচে।
ঐহাক্‌তি মহাক্‌পু নুংসিরি, নুংসিব তমবিবসু মহাক্‌ননি।
অদুগ ঙসিন পাংগল্‌ থোক্‌ঙম্‌দব চৈথেং অমা পিরিব।

থোই ঃ- নহাক্‌ গ্যান্‌ লৈয়ু, মখোইনদি অদুক্‌ তোন্‌থন য়েংলগ।
ইচে অসিব্রাই ফাওবদং চৎথোক্‌লুখিগে। (চৎখিব)

সনা ঃ- নুংসিব নংগি নয়াই, ঐ করি তৌগনি।
গ্যান্‌ হাইবদু মাংসিল্‌লক্‌লে, পুন্‌সিদ মহাক্‌পু হরাও হরাও
বিদাই পিখিব ঐবু ঙম্‌লদ্রনে?
হে থমোই নহাক্‌ করিগি অসুক্‌ ব্রারিব
ফরে ব্রাজসনু, অহিংসিমদি খল্‌খিব তারি।

# নিপাল্ সুব

## মাংগোলদ থোইবিন খ্বাংফি সাব

লৈবাকলৈ ঃ- ইবেম তেম্‌দু য়ৈসিল্লুনে, ফিদু খরা থানব।
থোইবি- !

থোইবি ঃ- করি তৌরবগে ইমা?

লৈ ঃ- য়েংউনে কুন্‌দোৱে লাক্লিনে।

থোই ঃ- এ কুন্‌দো কাখৎলকউ, (কাখৎলকপ)
সে ফাল্‌দুদ ফম্মুনে। নং লাক্পবু কৈদৌরব,

কুন্‌দোৱে ঃ- নেচা কাকা লৈখিব?

লৈ ঃ- ঙাইখোনে নংগিবু লুহোং মতম লেপ্খ্রবদাইনে?

কুন্‌দো ঃ- মরম্‌দুন লাকচরিবনি অবোক। (কপপ)

লৈ ঃ- কপকনু কপকনু ঐখোই খ্বাই লৈরির্বসিদি,

কুন্‌দো ঃ- মাবু ঐগ অমুক্ত উনহনবিয়ু।

লৈ ঃ- মাদি য়ুমদ লৈত্রেনে।

কুনদো ঃ- অবোক মহাকপু (তপ্‌ন), ঐদি কমদৌনি।

লৈ ঃ- ইবেম, পুকনিং ফাথৌ, মমা ওইবি কনানবু
মচাগি ফৎতনব সিন্‌গদগে।

কুন্‌দো ঃ- অবোক্ চুমলম্‌বদি য়াই অদুবু
থমোইসিনদি য়ানিংব ঙম্‌দ্রেনে, ইসান য়াদন
ঐবু লুহোংখিনব নুমিৎ তরেৎনিত ঙাইরবনি।
মসিদবু কনাগি থমোইন খাংজিন্‌দুন লৈব ঙম্‌গনি।
ঙসিনে খাংঙম্‌দ্রে ঐ হু থক্তুন সিদন তোক্কনি।

লৈ ঃ- নৎতে ইবেম তাংলব মপোক্নি, হৌনদব ৱাখল্ খন্‌গনু

কুন্‌দো ঃ- মহাক্ নৎতন, ঐগি আসা করিনো
ঐন অবোক্কিদ লাক্চরিব ফিরেপ্ অমগিদমক্নি।
ৱাফম্‌সি মহাক্কি মফম্‌দদি খোংফম্ অমখক্নি।

লৈ ঃ- (খন্‌জব) ৱাফম্‌সি য়াম্‌ন লুসিল্লক্লে, অদুনদি

থোই ঃ- ইমা ৱাফম্‌সিবু?

লৈবাক্লৈ ঃ- ইবেম মাদি কুইরক্কনিনে
সেল্ তাল্লুনি হাইদুন চৎখিবনি।
কুন্দোরৈ ঃ- অবোক্, নসু ৰারে, থমোই অসে য়ৌন।
সিব কিরক্ত্রে, নুংসি মহাক্কিদমক্
নসু চৎলগে। (হিক্-হিক্ লাওন কপ্তুন চৎখ্রে)
লৈ ঃ- ইবেম, নহাক্ নৎতব ৰাখল্ খল্গনুকো,
পুনসিদি অহোংব নাইবনি
মসি ঐখোই নখোইন অহান্ব নৎতে।
থোইবি ঃ- ইমা মতৌসিবু করিনোনে, অফবদি ওইররোই।
ইবুংঙোসু ইমুংদ লৈরিগনি। ৰাফম্সি অরাইবদি নৎত্রে।
পাপ্কি ৰাফম্ অমসু ওইরগনি।
লৈ ঃ- পাপ্ অমা কিদুন লৈকাইগি লান্জাও অমদৈ
কল্হৌদবসু পুন্যগি থবক্ নৎতে।
ফরে, ইমা লৈকাইদৈ মনা-মসিং তিক্লুখিগে।
নৌপ্পাবু সেন্নৌ, থেম্জিল্লু। (ইমুংদৈ বোরা পুদুন)
থোই ঃ- ইবুংঙো নংবু কদোম্দনো? (সনাথোই ইমুংদগি থোরকপ)
সনাথোই ঃ- খংদে, কদাইদনো ইচে। (থোংগাল্ থোকখিব)
থোই ঃ- কুন্দোরৈ লাক্লম্বদু খংলব নৎত্র?
সনা ঃ- পুম্নমক্ খংলে উরে, থমোইসে য়ৌন সোকলে।
মসিবু ঐতগি অসোন্ব মতৌরনে?
থোই ঃ- পুক্নিং ফাথৌকো, ৰাফম্সে য়াম্ লুসিল্লক্লবনি।
সনা ঃ- নুপানি ঐ সিংনব পামলক্লে।
মাগি থমোইন অদু য়ৌরবদ, ঐ তপ্থব ঙম্লক্ত্রে।
ইচে, নৌপ্পা তৌফম্ খংলক্ত্রে।
থোই ঃ- মসিনি নুংসিব, মসিনি কাইনব হাইবদু,
অদুবু মসিন সিবগুম্ অরোইব লম্বিদি নৎতে।
পুম্নমক্ নচেন থেংনখ্রব থৌদোক্ ঙাক্নি।
খাংব তম্মু, ফাথব হৈয়ু, পুন্সিদ মাইপাক্কনি।
সনা ঃ- ইচে নৌপ্পা মাগিদমক্ সিব পাম্মুরক্ত্রে।

# মাপল্সুব

## নুমিদাং লমবিগি মতাইদ সনাথোই ৱান্থদুন লাইকন্নব

লৈবাকলৈ :- কদাই ইচাবু! ইস্-মাংলেদ্দন, ইবেম ইসিং!

থোইবি :- (ইসিং থাব) সনাথোই নংবু গ্যান তারবো,
ইচেন ইসিং থারিবসি ভাপ্ তারোনে, ইচেগি সনাথোই।

সনাথোই :- করি কুন্দো নহাক্ চৎলবকো,
ঐবু পুন্সি অসিমগি ইনথোক্পিরমলগ।

লৈ :- ইমাগি ইবুংঙো, ইবুংঙো নংবু গ্যান্ তারোনে।

সনা :- ইমা ঐবু গ্যান্ মাংলুরব্র?

লৈ :- ইবেম য়ুমদ চৎসি। (য়ুমদ লাক্প)
সে সে ফমুংদ গ্যান তান পোথাসিকো। (জোই হিপ্থব)

সনা :- ইচে ইসিং খজিকত থককে।

থোই :- সে সে মমন থক্চিন্গনু। (মওং)

সনা :- অস্- গ্যান মাংলুরেদন। (ইসিং থকপ)

থোই : মিন পাও 'পরকলমদ্রব্দি ঐথোই খংলমলোই
মসুদ নহক্সন কমদৌব খললুবদ শাখিবন ইচেদি
ফব নহাক যামন নুংসোননব ওইমললে।
খরস্ লাইন খনদোকউনে নংবো।

সনা : মান গরি মনুংদ কপ কপতুন
মমানন্দিংন সেনন্দুন চৎখিবদো মদু উরুব
মিকপও থমোই অসে পুঙমলকখিদে।
গ্যান তারকপদ ইমাখোইন লাইকননরমলিব অদুনি।

থোই :- ফরে ঙমন হৈখ্রসনু পোথারমমু, ইচে চাক্-নুং লৌরুগে

সনা :- ইচে -। লমলানব কনাই খুৎন হুনখিব কুনদোপরেংন
সাখি ওই লমলান্বি ওইগ্রবকো পুন্সিদ নক্সিন্নব
অমুক্ য়াদন লোইরব।
পেন্খিদ্রেদ থমোই অসে ৱাখ্রেদ।
খাইনবে মৈচাকতি থেংলরগ খংলেদকো।
ঙমন লাইর-ইনাকখুনবৈ ইরৈ নংতননিদকো।

# তরাসুব

## তোম্পোক্কিদ থোইবি লাক্প

থোইবি ঃ- কনা–কনা লৈবগে। (কৌব)
কনাসু লৈতমাল্লে। (কৌন–কৌন চংলক্ই)

তোম্পোক্ ঃ- (নাহেব খোন্থোক) কনানো ইমুংদ চংবিরক্উ।
অতৈ কনাসু লৈত্রে।

থোই ঃ- (চংলক্ই) তামো–।

তোন্ ঃ- ই ! থোইবি (পুক্নিং নুংসিন)

থোই ঃ- কৈদৌরবগে তামো, ঐবু উরগ কপ্লবর?

তোম ঃ- ফমমু–ফম্মু থোইবি। (থমোই সোক্ন)

থোই ঃ- (থমোই সোক্ন) তামো।

তোম্ ঃ- নংন লেপ্লব মিকুপ্সে ঐ থাংঙম্দেনে।
ঐ নফম্দ য়াম্ন লান্খি ।মদুগি মহৈন ঙসি ঐন ফংলরিব
ঐগি পুন্সি মখোক্ লোইরকলব লৈপালনি।

থোই ঃ- অদুমন করিগি থমোই সোনথর্বিরিবনো।
ঐখোই খ্বাই লৈরি করি ৱাৎকনি

তোম ঃ- করম্নবু ৱাখল্ নুংঙাইগনি।
ঙসিদি ঐবু অমুক্ থওইবিদ্রে মান। লাইয়েংব ঙমদ্রব
লাইনা অমগ সিববু ঙাইদুন হিংলিবনি।

থোই ঃ- মসিদি পুন্সিনি,

তোম্ ঃ- মহাক্তু মপান্ থোক্লেনে।
য়ুম্দি পুরি মহাক্ন, মসিগিদমক্ থাগৎনিংঙাইনি।
অঙাংবুদি নুংসিবি, মাসু সানরম্গনি।
ঙসিত গ্যান্ লাক্লেনে থোইবি,
পুন্সিন নুমিৎ তারক্লব মতম্সিদ।
ঐ নফম্দ য়াম্ন লান্খি, ঙাক্পিয়ুসু হাইররোই।

থোই ঃ- লান্দববু কনানো ঙসিগি তাইবংসিদ।

তোম্ ঃ- ঙসিদি নফম্দ ৱাফম্ অমা সিন্নরম্গে।

থোইবি  ঃ- তাক্পিয়ু।

তোম্পোক্ ঃ- অঙাংসে নফম্দ সিন্নরম্লবনি. অদুবু
ঐন লৈখিদ্রব মতুংদ নংন মাবু লৌসিল্লু
নৎত্রগদি, নুপি মাদি হিংনব য়ুম থাদোকলিবনি.
অদুন ঐবু ইচান সেন্নসনু।

থোই  ঃ- পুমনমক ঐন ফনব সিন্জগে।

তোম্  ঃ- নহাক্পু ঐন মংগোল্ পিরি পুন্সিদ মাই পাকউ।
ঐদি হৌখিবদ লান্খিবন মাইথিরব মপোকনি।
ঐবু থাদোকতুন নহাক্ন চৎখ্রব তুংদ
নহাককি নগুন খংলকখি, মদুনসু থমোইবু ৱাহনখি।
ঙসি নংন হংলরিব অসিন ঐগিদমক্তি
খ্বাইদগি পেনজব মিকুপ্নি।

থোই  ঃ- পুমনমক হৌখ্রে, অৱাব ৱাখল্ খললুরগনু।
ঐস্ চৎনব তৌরগে. করিনো চানব খরা পুরকপনি,
লুপ্তমসিদ থমলগে. চাব য়াব্র য়েংবিয়ু।

তোম  ঃ- ফরে ফরে নহাক চৎলোক্লো।

থোই  ঃ- মংকৎপু ঐ লাককে চৎলে চৎলে। (চৎখিব)

## তরামাথোইসুব

### ৱাংলেন্ ইরেন্ তোরবাল্দ

সনাথোই ঃ- (লোনখোকতন) ঐ খোইদি চোপলি।
পুকনিংন কুন্দোরেগি ৱাখল্।
করিগি খোই চোপ্লি মৈচাক্ খাংলিব্র
মহাক্ চাককৌব লাক্পদৈ হল্লু য়াখিদ্রে
করিগি. লুহোংব নোংঙান্বদ মপুরোইবগি
অহান্ব লৌরম্ব নুপিনি হাইদন মমা-মচা লাকখি।
নুমিৎত্তুদ মথমোইদ করি খল্লিনি।
মসিদবু ঐগিদি ইরান্ য়াওরিব্র।
অদুবু ঙসিদি মহাক্ন ওইররি,

নিংথি লৈতেংলব গ্লাস্ মনুংদ য়াওরি
নিক্-নিক্ লাওরব য়ুঙাং মহি।
লম্লান্ব কনাই মচিন্দৈ লেম্হৌব।
মসিবু অমুক্ ইখুৎসিন পাই, থক্খিগদ্রনে।
খৌরাংবসি কোক্নব পুন্সিনি হাইদুন।
মহিসি পুক্নিং পেন্ন নুংসিন পাম্ন
করিগি চিংনরি, ঙাওরে ৱাখল লৈচিল্গুম্লে।

কুন্দোরৈ ঃ- এ সনাথোইদি ইরেন্ মপান্সিদ উংদুন লৈরে।
তামো-, তামো-। (কৌব)

সনাথোই ঃ- হা! ইস কুন্দো, আ । (খংদুন ইরেন্দ তাখিব)

কুন্দো ঃ- কনা-কনা লৈবগে, ইরেন্দ মি তাসিনখ্রে। (লাওব)

চাওবল্ ঃ- করি ইরেনদ মি তাখ্রে হাইব!
তারিব্র পাখংসিং ৱাংলেন্ ইরেনদ মি তাখ্রে.

ময়াম ঃ- মসিদদি করম্ন কুমগনি। তাখিব কনাবু
হিংব য়াওবগে। (থোইবি মমা মচা লাকপ)

লেৰাকলৈ ঃ- করি ইচাবু ইরেন্দ, কমদৌনি। (ও-খোংন কপপ)
কনানো ইচাব অমুকত কনবিয়ো

থোইবি ঃ- কনানো ঐখোইব অমুকত নুংসিবয়ো। (ঙকচান্দুন লে)

চাওবল ঃ- এ আদ ইসিংদ তাওখৎলকইসে যেংউ

ময়াম্ ঃ- (লাংন) লাও .. ...। ময়াম কমদু লৈখৎলু।
সিদি লোইরেদন। (সাথোই খুনগংপ)
কেকসি কাইরেনে নুংদ য়ৈসিললমগনি।
সিরেনে, ও নুংঙাইতেদ।

মমা-মচা ঃ- করিনো লোইরেদকো, হা ইস্লোর পুমনমক লোইরে।
করিনো কারিনো ইচা সিরেনে। (ঙাওন কপপ)

কুনদো ঃ- ঐবু কপ্খিগদ্র, নোক্খিগদ্র, হাইয় কনানো
থবাইসে কমবিদ ঙৌরেনে, চোংথদুন মৈনুংদ অমুক্
হা! ইস্লৌর মসিবু নংগি করম্ব চাংয়েংনো?

-লোইরব-



## অইবগি মরম্দ ঃ



নহা ওইরিবা অইবা অসি মনিপুরী সাহিত্য লৈকোন্দা থৱাই য়াওনা চংশিল্লকলিবা মিশক অমনি। অইবশি ৱাংজিং হোদাম্বা মনিং লৈকাইদা লৈবা শ্রী থোঙ্গ্রাতাবম ব্রজমুহোন শর্মা অমদি শ্রীমতি থোঙ্গ্রাতাবম লৈমহন দেবী-গী অহানবা মচা ওইনা ১৯৭৫ এপ্রিল ২৮দা পোকখি।

মশাগী চহি অহুম সুরকপা অদুবাদা মমাগী মপাম সাপমদা লৈরম্মি। অদুবা ১৯৯০-গী জেনেরেল ইলেকশনদা চয়েংনবা লেদনা অমুক মমা মপানা নাও লৈরকখি। ১৯৯৩-দা মেট্রিক পাস তৌখি অমসুং ওইরবা ক্লাস নাইন-তেন ওমলকপা অদুবাইদা সাহিত্যগী লম্দা খোং হাবা হৌরকখি। ১৯৯৮ দা [illegible] লোইরবা মতমদা মখা চৎথখিদে [illegible] পাক্লং লুপশিনখিদুনা ১৯৯৯ দা A I R Imphal দা [illegible] দ্রমা এপ্রুপ তৌদুনা সান্নখি। লোইননা চহিসিগী নবেম্বর থাদা অমুকন্থ রেডিওদা ইশৈময়েক ইবগী এপ্রুপ তৌখি। অসুম্না চৎথরকপনা ২০০২-গী ডিসেম্বরদা অনিস্সুবা রেডিও দ্রমা এপ্রুপ তৌদুনা শান্নখি। মখা চৎথরকপদা ২০০৩-গী মতমদা মনিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভাগী মীয়েংখাদা লাইরিক 'পুন্সি লম্বীদা' ফোংলে। ২০০৪-দা অনিশুবা লাইরিক 'তাইবং ইরৈদা' অনিস্সুবা ফোংখি। অসুম্না সাহিত্যদা য়াম্না থৱাই য়াওজবা অইবনি। লোইননা অইবসিদা মীৎয়েং থমদুনা নৈনবা য়াবা ওই ।

দেবরাজ

তাং ১/৯/০৪